**অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিককাশিং ঃ**

১) আববকী অঙাং, ১৯৭৭

২) পিনোকিযো, ১৯৭৮

৩) থৌনা ফবা খম্বতোন, ১৯৮৪

৪) ভাবতকী শক্লাইবশিং, ১৯৯৫

৫) বার্লিনগী চেকপলনা তুখ্রবদা, ২০০৭

৬) নীংশিংলি ঈশৈদো, ২০১০

৭) বাবী শীংবুল্লক্তগী, ২০১০

[illegible]

# থাদা থাবাতোন

অইবা ঃ

শগোলশেম ইন্দ্রকুমার

সঙ্গীতা-সুজাতা পব্লিকেসন্স

**THADA THABATON**
A Children book on Science Fiction in Manipuri
*by Sagolsem Indrakumar Singh*

Published by Sagolsem Ongbi Sarojini Devi
on behalf of Sangeeta-Sujata Publication
Khoyathong, Imphal-795 001, Manipur

অহানবা ফোঙবা ঃ দিসেম্বব ২০১০

কোপি মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মখূম দিজাইন ঃ নবেশকুমাব

লাই/ফোটো ঃ অনিলকুমাব
বমেসকুমাব



মমল ঃ লুপা ১০০/-

নম্ফম ঃ লমযানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

লাইবিক অসি অঙাংশিংগীদমক ইজবনী
ঙসিগী অঙাং নাউরা ওইবিবশিং
হযেংগীনা জাতিগী যুম্বীবেল ওইবক্কদবশিং
নখোয পূন্নমক্কী মফমদা কৎচবি ঐহাক্কী
'থাদা থবাতোন'

# ৱারোল খরদং

শ্রীশগোলশেম ইন্দ্রকুমাৰ সিংহনা ইবা 'থাদা থবাতোন' থোনবা অঙাংগী লাইবিক অসি খুৎই ওইনা লৈবিঙেদা পাজরে। ইন্দ্রকুমাৰ ওল ইন্দিযা রেডীওগী মশক নাইববা, ইশৈ শকপা, ড্রামা যাওবা, ড্রামা পুথোকপা অমা ওইনা খঙনখি। মহাক্না রেডিওদা অঙাংশিংদা অঙাংশিংনা যাম্না পামজববা ৱাবী কযাসু লীখি। মশানা ইজবা, অফাওবা অঙাংগী লাইবিক ইবা কযাগী মৈতৈ লোন্দ হন্দোকপা ৱাবী কযা লিখি। কযামসু লাইবিক ওইনা ফোংখি।

'থাদা থবাতোন' অঙাংশিংগীদমক ইবা লাইবিক্নি। থা, নুমিৎ, গ্রহ, কোমেটনচিংবা সৌৰজগৎকী মবমদা , থৱানমিচাক পোকপা শিবগী মবমদা,গেলেক্সীগী মবমদা , অঙাংশিংদা নত্তনা অপাবশিংদা মচং ওইবা অস্ট্রোনোমীগী ৱাখল্লোন খঙহন্নবা ইবা লাইবিক্নি। অস্ট্রোমোমীগী ৱাখল্লোন কযা লাইথোক্লবা মওংদা ইবা লাইবিক্নি।

বিজ্ঞানগী ৱাহৈ কযা মৈতৈলোন্দা চপ চাবা অর্থ ফোংদোকপা ৱাহৈ শিজিন্নবা অবাইবা থবক নত্তে। কিলোমিটৰ ক্রোৰ ক্রোবনা খুজিং ওইবা পাক চাউখ্রবা হাযড্রোজেন্নচিংবা গ্যাস কযা অমসুং সুপৰ নোভা পোকখাইখিবগী লেমহৌবা মচাকশিংতনা চহি বিলিযন কযা চংনা অমগা অমগা চিংশিন্নবগী শক্তিদনা লৈনা লৈনা মযায চবুক তম্না ক্রক ক্রক ফাজিন্নবকপদা ডিগ্রী বিলিযন কযা যৌনা শাগৎলকই। শাগৎলকপা অমসুং চপশিন্নবকপগী শক্তিনা হাযড্রোজেন শৌজিন্নদুনা ন্যুক্লিযাৰ ফ্যুজন থোকই, মৈশা, মঙাল অমসুং ইস্থোক্লবগী শক্তি পী। শক্তি অসিনা মযাযচবুক তম্না চিংশিন্নবকপা শক্তিবু চাং অমদা থমদুনা থৱানিমিচাক পোকই। শৌজিন্নগদবা হাযড্রোজেন লোইখিদুনা চিংশিনবগী শক্তিনা হেল্লকপা মতমদা মযায চবুক্কী শাবগী চাং অমুক হেনগৎলি অমসুং হাযড্রোজেন শৌজিন্নবদগী থোকপা হেলিযম অমুক শৌজিন্নদুনা অনৌবা ফ্যুজন বিএক্সন অমুক পোকই। অসুম্না মথং মথং শৌজিন্নবা যাবা পোৎচাক

খুদিংমক শৌজিন্নদুনা ফ্যুজন বিএক্সন লোযববা মতুংদা থৱানমিচাকশিংদু মাগী মাগী অচৌ-অপিক্কী মখা পোন্না খবনা বেড জাইন্ট ওইখি, খবনা হৱাইট দ্বার্ফ ওইখি। মতুংদা সুপবনোভা ওইনা পোকখাইখি। খব অমনা ব্লেক হোল ওনখি। থৌওংশিংসি চহি বিলিযন কযা চংবা থৌওং ঙাকনি। অসিগুম্বা ৱাখলনা লাম্বদা ৱাববা ঙমখৈ লৈতবা শুনত্রং, শাংলবা মতমগী খোংথাং, অস্ত্রোনোমীগী থৌওং কযাসিবু অঙাংশিংদা খঙহনবা অবাইবা থবক্তি নত্তে। হাববার্ড যুনিভর্সিটিগী শাইকোলোজীগী প্রোফেসব, জিবোম ব্রুনবনা অকুবা থৌওং কয়া লাইথোকহল্লগা অঙাংশিংদা খঙহনবা ঙম্মী হায। অকুবা ৱাখল্লোন কযা লাইথোকহনবা হাযবসিসু অবাইবা থবক্তি নত্তে। শ্রী ইন্দ্রকুমাবগী 'থাদা থবাতোন' লাইবিক অসিনা অঙাংশিংদা এস্ত্রোনোমীগী জ্ঞান খবগী মখৈ পীবা ঙমগনি হাযবসি ঐগী থাজবনি। অঙাংগী বিজ্ঞানগী লাইবিক ইবিবা শ্রী ইন্দ্রকুমাববু থাগৎলি।

উবিপোক, ইম্ফাল
০৩/১১/১০

(আই এস খাইদেম)

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী মকুপ, ওল ইন্দিযা বেডিও ইম্ফালদসু মতম কুইনা তিন্নজবক্লবা, হৌজিক হৌজিকসু হীবম কযাদা মবী লৈনজবিবা শ্রী শগোলশেম ইন্দ্রকুমাব সিংহনা নোংমা অযুক অমা খুৎনা ইবা খাতা বোই অমা পাযবদুনা ঐগী যুমদা লাকখি। ফম্মিন্নদুনা ৱাবী-ৱাতাই শামিন্নবদগী খঙলে - মানা পুবক্লিবদু অঙাংগী ৱাবী ইবা খাতা বোইনি, মথক্তা থাই -'থাদা থবাতোন'। মহাক্কা ৱারী হৌবকপা মতাংদা ঐনা ইচম চম্না-কবুই কৈওইবগী থাবাতোন্দুন ওইববোই নীংদুনা, 'মদুবু হযেং মীনা পাবগা থাবাতোনগী ৱাবী শেমদোকই হাযখিবোইদবা' হাযবদা মকপ্না মিং মান্নরনি, কবুই কৈওইবগী মবুং তবেৎকী থাবাতোন্দু নত্তে, থাগী মতাংনীনা থাবাতোন হাযনা কৌবগা হেন্না পক্কদবা হাযদুনা কৌকবনি হাযবকপদা ঐসু 'চুম্মী' হাযবগা মহাক্কা পাবদু তায।

'থাদা থবাতোন' সাইন্টিফিক ফিক্সননি, অঙাংগীদমক্তা পংশা শাদুনা ইবনি। নুপীমচা থবাতোন্না মমঙদা থাদা চত্তুনা থাগা ৱাবী শান্নবা - উপগ্রহ অসি কবম তৌবনো হাযবদু থানা মঙোন্দা শন্দোক্লা তাকপিবকপা, অদুতসু নত্তুনা ঐখোযগী সোলাব সিষ্টেমসিদা লৈবিবা গ্রহশিংদফাওবা চত্তুনা ৱাবী শান্নবগী তাক্কক কযা হাপতুনা ইবি। ফান্টাসিদা শাগৎপা ৱাবী ওইববসু অতিযাদা লৈবিবা মক মক ওইবা পোৎলমশিংগী বৈজ্ঞানিক ওইবা ৱাফম অদুদি মতাং মতাং চানা পল্লম্মী। থৱানমিচাক অমগী বৈজ্ঞানিক ওইবা শকুক-খুদম ওইনা লাপ্পা, চাউবা অমদি ওইবিবা ফীভম লোযননা মিলকি ৱে কৌবা গেলেক্সি অসিদা নত্তনা অতৈ গেলেক্সিশিংসু লৈবি হাযবা ৱাফম কযা লাইবিক অসিদা পল্লি। অকোনবদা 'থেঙখ্রে, ইমানা নুংশা থীবম্মনি' হাযদুনা হল্লকপদা অমুবা ব্লেক হোল অমগী মনাক্তা 'মসিবু কবিনো' হাযদুনা খবা চঙশিল্লগা যেংলুবদা ব্লেক হোলনা মাবু চিংশিনগে তৌবদগী কিদুনা 'ইমা। ইমা।' হাযদুনা লাউবকপদগী মমানা 'কবি তৌবে' হাযদুনা হৌদোকপদা থবাতোন মীকপ খংথোক থোকখি। মহাক্কা মঙখিবা অঙকপা, অকিবা অমদি নুংঙাইবা মঙগী ৱাবীদু থবাতোন্না মমাদা তমখি।

অঙাংনা পাবদা নুংঙাইনবা শেম্বা, ৱাখলনা পংশা শাগত্তুনা ইবা ৱাবীদি ওইবগা বৈজ্ঞানিক ওইবা অমদি অচুম্বা ৱাফমদগী নাথেদুনা চত্তনবা অইবনা কন্না হোৎনৈ ৱাবী অসিদা। নোংথক্লোন (এষ্ট্রোনোমি)গী বিদ্যাবু খঙনীংবা অঙাংতা নত্তনা অহক্লোনশিংদা ফাওবা, লাইবিক অসিনা কান্নবা শোযদনা পীগনি খঞ্জে। ৱাবী অসি ইনবা হোৎনবদা অইবনা লৌবিবা থৌদাং থোইদোক্লা থাগৎনীংঙাইনি।

শ্রীইন্দ্রকুমাব, অঙাংগী ৱাবী ইবগী হৈনবী মশাদা লৈ হাযবসি মহাক মশানা ইজবা 'থৌনা ফবা খম্বতোন' কৌবা অঙাংগী লাইবিক্ত ঐখোযনা থেংনখ্রে। হন্দোক্তুনা ফোঙখিবদসু আবাবিযান নাইটস কী ৱাবীশিং, পিনোকিওনচিংবসু থেংনখ্রে। মযাম অসিদা যাওখিবা ৱাবী লীবগী জ্ঞান, হৈ-শিংবা পুন্নমক অদু মহাক্লা নৌনা পুথোক্লিবা লাইবিক 'থাদা থবাতোন' অসিদস্ অদুমক থেংনবিগনি।

শ্রীইন্দ্রকুমাব সিংহনা ইমালোন্দা সাহিত্যগী ওইবা অতৈ লাইবিকশিং পুথোকপিবকপগা লোযননা ৱাত্তুনতা লৈববা অঙাংগী সাহিত্যগী মচাক ওইবা অতৈ লাইবিকশিং ইদুনা পুথোকহঞ্জনিংই, লোযননা অইবনা মণিপুবী সাহিত্যগী লমদা খুদোল কযা তম্বিবকপদা অনা-অযেক, যৈখায-থিঙ্গাই অমত্তা যাওহনবীগনু হাযনা ঈশ্বৰগী খুযাদা হন্না-হন্না খুকমজবি।

বি. জযন্তকুমাব শর্ম্মা

ইম্ফাল
৩০/১০/১০ ইং

(বি. জযন্তকুমাব শর্ম্মা)
ব্রহ্মপুব নহাবম, ইম্ফাল

# অইবগী ৱারোল

অঙাংগী লাইবিক ইবা হাযবসি ঐহাক্কী পামজবনী। অঙাংশিংনা পাবা যাবা, লৌশিং অমদি পাউতাক যাওবা অঙাংগী লাইবিক অসি ঐখোযগী ইরৈবাক ইবমদম অসিদা যান্না তাঙই, মশীং থোইনা যামদ্রি। অঙাংনা পাবা যাবা, অঙাংনা পানীংবা লাইবিক ফংদবদগী ঐখোযগী অঙাং অযাম্বনা অশংবা মতমদা কোমিক্কী লাইবিক পাদুনা মতম লেল্লী। ৱাফম অসিনা ইমাগুদা থমজবগা, অঙাংশিংনা পাবা যাবা লাইবিক, মখোযদা লৌশিং অমদি পাউতাক পীবা যাবা লাইবিক খবা ইজগে হাযসি ঐহাক্লা লেপচখি। মবক অসিদা ওজা-গুরু অমদি মরুপ-মপাঙ কযানসু অঙাংগী লাইবিক ইননবা পাউতাক পীবীখি। অহানবা তাঙক্তা ঐহাক্লা, পৃথিবী ফাওববা আববকী ৱাবী হন্দোক্তুনা অঙাংশিংদা খূদোল তমজখি। মথংদা কাবলো কোলোদিগী মমিং লৈববা অঙাংগী লাইবিক 'পিনোকিযো' ইমালোন্দা হন্দোকতুনা খূদোল তমজখি। মথংদা ইশাগী ৱাখলদগী থোকখি 'থৌনা ফবা খম্বতোন'। হৌজিকসু অঙাংগী ওইবা লাইবিক ইনিংবগী ৱাখল লোইদ্রি, হেন্না হেন্না ইনিংবা পোক্লী।

ঐনা অঙাং ওইবিঙৈদা নোংমদোল অতিযাদা যেংলগা নুংঙাইজখি। অহিং কযা মপালদা থোক্তুনা নোংথক্তা যেংলগা থৱানমিচাক মশীং থীখি। যাম্লবা থৱানমিচাক মশীং থীবা ঙম্বা পোৎ নত্তে। থাবু যেংলগা নুংঙাইবা পোকচখি। থাগী তোংঙান তোংঙানবা শকওং, পুর্নিমাদগী থাশি ফাওবগী অহোংবা, চাউবা অসুম অসুম হন্থবকপা, থাসিদগী অমূক অসুম অসুম চাউখৎলকপা, অমূক পূর্নিমা ওইবকপা, যেংবদসু নুংঙাই, অঙকপসু পোকই। মদুগী মবম থোইনা খঙলুদে। ঙসি ঐহাক্লা ইজবিবা 'থাদা থবাতোন' হাযবা ৱাবী অসি নোংথক বিজ্ঞানগী অচুম্বা ৱাফমগা, সাহিত্যগী ওইবা কল্পনাগা তোৎশিন-তিনশীন্নবগা শাগৎচবা ৱাবীনী। বিজ্ঞানগী ওইবা ৱাফমদি হোংদনা থম্লগা ৱাবীগী পবিংদা ভাবনা শাবা ৱাখল ফেন্টেসি দা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎপনী। ইজবিবা অসিগী পান্দমদি অঙাং

ওইবিবশিংদা ৱাবী ওইনা পাহল্লগা নৎত্রগা তাহল্লগা নোংথক্কী বিজ্ঞানগী শম্লপ্পা ৱাফম খণ্ডহন্নবনী। অঙাংশিংনা খণ্ডবা যাবা ৱাফমতনী, অকুবা ৱাফম যাওহঞ্জদে। অঙাংশিংনা লাযনা খণ্ডবা যাবা লোন্দা চম্না ইজবনি। অকুবা ৱাহৈ হাপচদে, ৱাহৈগী লৈতেং যাওজদে, যাবিবমখৈ চম্না, ৱাবী লীবগী মওংদা ইজবনী।

অঙাংগী লাইবিক অসি ইনবা হোৎনবা সাহিত্যগী ওইবা মচাক কযা শ্রীবি জযন্তকুমাব শর্ম্ম, সাহিত্যকাব অমদি মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী হান্না প্রেসিদেন্ট ওইবিবম্বদগী ফংজখি, তাকপীখি পাউতাক কযা পীবীখি।

সাহিত্য অমদি বিজ্ঞানগী অপূনবা লাইবিক ওইবা মবম্না প্রোফেসাব আই এস খাইদেম, মনিপুব ইউনিভর্সিতিগী ভাইস চান্সেলব ওইবীবম্বদগী পাউতাক কযা লৌজখি। ঐগী অইবা মেন্যুস্ক্রিপ্ট তা ওঝাগী খূৎমক্লা ইবীদুনা শেমদোকপীখি, ফমিন্নদুনা পাউতাক কযা পীবিখি।

শ্রীবি জযন্তকুমাব শর্ম্ম অমদি প্রোফেসব আই এস খাইদেমগী মমল যাম্লবা পাউতাক অমদি লমজিং যাওবমদ্রবদি লাইবিক অসি ইবা ঙমগনী হাযবা থাজদে। মখোয অনীগী লমন চাউনা তোনশিঞ্জবে।

লাইবিক অসি অকক্লবা মতম অমগী মনূংদা থুনা নম্বীদুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা তেঙবাংবীখিবা লমযানবা প্রিন্টর্স, মেনেজব শ্রী তাউবেম মঙ্গী অমদি মহাক্কী ষ্টাফশিংবু তৌবীমল খণ্ডবা উৎচবি।

লাইবিক অসি পাবীবগা, থোইদোক্লা অঙাংশিংনা কান্নবা ফংবিববদি লাইবিক অসি ইজবগী মহয যাল্লে খঞ্জগনী।

লাইবক অসিগী মবমদা পীবিবকপা পাউতাক পূম্নমক হবাওনা লৌজগনী। তাকপীবকপা অবাল অহুই পূম্নমক মথং খূৎফোংদা চুমথোকচগনী।"

ইন্দ্রকুমার

# থাদা থবাতোন

মীওইবনা মালেমদা হেক খোঙদাবকপদগী অহানবদা মমা মপা ওইবগা শকখঙনবকই, মথংদা উপাল ৱাপালগা শকখঙনবকই, মদুগী মথংদা মখোযনা নোংমদোলদা থোক্লিবা নুমিৎ থা থৱানমিচাক্না শকখঙনবকই। নুমিৎ থা থৱানমিচাকী মবক্তসু মীওইবনা খ্বাইদগী নক্না খঙনবসি থানি। মমা ওইবীশিংনা মচাবু মনমদা পোবগা ঈশৈ ওইনা শক্লকই ঃ

"থা থা থবুঙতোন
নচা মোবাম্বী পোবীগে
পোবী শনম নম্বীগে
হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীবকউ।"

অসুম্না থা অসিবু ৱাবী শান্নবা যাবা পোৎশক অমগুম খন্নবকই। মবোল থোক্লকপা মতমদসু ইমা ইপাগী মথংদা থাদা খূদোনবীনা থিন্দুনা "থা-থা" হাযনা কৌবকই। অসুম্না নোংমদোল থক্তা থোক্লিবা পোৎশকশিং, মরু ওইনা নুমিৎ থা থৱানমিচাকতা মীওইবনা পূক্নীং চঙনা যেংনবকই, খঙনীংলকই, থিজিল্লকই। সৌবজগৎকী মবমদা নিংথৌ তুবেলগী মবমদা, সপ্তঋষি মণ্ডল, শজীক থাবা অমদি খোংজোম নুবীগী মবমদা। কবি কযানা ইনবকই, অশেবা কযানা শক্লবকই থাজগী মতীক মগুণ। থাবু ঐখোযনা নুংশিনা থাজ হাযনা কৌনৈ। থাজবু তোঙান তোঙানবা মিৎযেংনা উনৈ — "লৈচীল্লকী থাজ, নোংমদোল থক্কী থাজ, নোংইনগী থাজ, থবোগী থাজ, ফজৈ ফজৈ থাজ। ফজববু থাবকপদা থাজগা চাংদমনৈ। ইংবা তপ্পদসু থাজ। থোইদোক্না পাখং লৈশাবী শাবী শানৌশিংগী মফমদদি থাজ অসি নুংশি নুংঙলগী শক্তম ওইরি। মখোযদি থাজগা ৱাবী শাজৈ, ৱাকৎচৈ, থাজবু শাক্ষি ওইনা থন্নজৈ, দুতি ওইনসু লোযনজৈ। তশেংনমক হাযববদা থাজ মহাকপু নুংশিদবা, থাজ মহাকপূ উবগা ঙাওজদবা মীওইবা অমত্তা লৈবল্লোই হাযবমক য়াববনী।

শন্না হাযববদা অঙাংদগীনা অহল ফাওবা থাজ মহাকপু নুংশিজৈ। নুমিদাং খূদীং থাজ মহাকপু য়েংজৈ, উবগা হবাওজৈ।

মমাগী তম্পাক্তা অমদি নঙ্গন্দা নুমিদাং খূদীং মমানা শকপা নাউশুম ঈশৈগী মবক্তা ‘থা থা থাবূংতোন, নচা মোবাম্বী পোবীগে, পোবী শনম নম্বীগে, হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীবকউ’ হাযবসি তাদুনা চাউবক্লবা “থবাতোন” থা অসিবু ৱারী শান্নবা য়াবা পোৎশক অমগুম খঙলকই। খুঙ্গংগী চীংযা অমদা লাযববা ইমূং অমগী মচা অতোনবীনী থবাতোন। মবূং অনীগী মবক্তা অমত্তা যাওবীনী হাযদুনা মমা মপানা নুংশিনা কৌজে - থবাতোন।



থা থা থবুংতোন, নচা মোবাম্বী পোবীগে

থবাতোনগী মমা মপা ধর্ম্ম-কর্ম্মদা যান্না থাজবা মীওইনী। নুমীৎ খূদীংগী অযুক্তা সুর্য-পূজা কাযদনা তৌজৈ। পুর্ণিমা খূদীং লাইশংদা চৎতুনা লাই খুকুম্মী। লাইগী নুমিৎ থোকপদা ব্রত্ত তৌদুনা চবা হেল্লী। থোইদোক্লা সুর্যগ্রহন, চন্দ্রগ্রহন থোকপদা চবা হেল্লী। অসিগুম্বা ইমূংদা চাউরকই থবাতোন।

থবাতোন পুংকক চাউবক্লে। নুপীমচা ওইবনা মমানা তৌবা ইমূংগী থবক ইনখাং মুন্না মুন্না য়েংজৈ। ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক্তসু



থবাতোন্না চেঙ খপ্পুনা ফৌ খন্দুনা মমাগী মতেঙ পাংলি।

পূক্লীং চঙই। নোংমা মমানা থবাতোনদা হায় ঃ

- "ইবেম্মা থবাতোন, ঙসিদি চন্দ্রগ্রহন নুমিৎনী। ঙসায নুমিৎ য়ুংবদগী মাংবা হৌখ্রবনী। হযেং অযুক শেংগনী। মাংলিঙৈ মনূংদা চাক ঈশিং থোংবা থাকপা অমদি চাবা-থকপা যাদে। হযেং নোং ঙাল্লগা ইমুং-মাঙোল ব্লাইবম তৈথোক শেংদোক্লগা, চিংহী-উতি লুথোক্লুনা ঈক-মাযথজবগা চাক ঈশিং থোংগদবনী। ঙসিদি ব্রত্তনী চবা হেনগদবনীকো থবাতোন।"

- "হোয ইমা।"

থবাতোন মমানা হাযবা ব্লা মুন্না মুন্না তায। মমানা তৌবা থবক মুন্না মুন্না যেংজে। ইমূংগী চৎনবী, চৎনবোল পূম্বা লোযনা, উশিল্লী। থা থোক্লকপদা গ্রহন লাকপা হৌবকই। মমানা লাউই ঃ

- "থাবো থাবো থাবো।"

থবাতোন্না মমাদা হংজৈ ঃ

- "ইমা, থারো থারো হাযবিবদুবু কবি হাযবিনো ?"

-" অদুবুবো থা অসে হূই কাবৌবীনা লাক্লিবনে। ঐখোযনা থাবো থাবো হাযনা লাউববদি থানা হ্বাওই হায। ইপা ইপূ হক্তক্তগী মসি অসুম চৎনবক্লে।"



থাবো, থাবো, থাবো।

-"ইমা কবিগীনো থাদা হূই কাবৌবীনা লাক্লিবদি ?"

- "ইমাসু খঙদে। মবক মবক্তা অসুন্না হেক হেক তৌই। মসিনী থাগী গ্রহন হাযবদি চন্দ্রগ্রহন হাযনবিবসে।"

-"অদুদি ইমা হূই কাবৌবীনা লাক্লিবসি থাদাদমক্লা, নুমিৎতসু লাকপ্রা ?"

-"লাকইবদুদি মমাঙগী থাদসু হূই কাবৌবীনা নুমিৎপু পূন্না উমখ্রিবদুদি। মদুবুনা নুমিৎকী গ্রহন, সুর্যগ্রহন কৌইদনা।"

অসুন্না মমা মচা ব্লাবী শা শাদুনা চন্দ্রগ্রহন অমদি সুর্যগ্রহনগী মবমদা থবাতোন্না ব্লাখলনা হূই কাবৌবীগী শক্তম শাগৎচৈ। মপূক্লীংদা হূই কাবৌবীবু

ৱাবৌজে - কবিগীদমক মথৌদি লৈত্রদুনা নুমিৎ -থাবু লাক্লিবা, উমদুনা শান্নবিবা।"

নোংঙানবদা মমানা ইমুং মাঙ্গোল ৱাইবম শীৎ-শেংবা মহাকসু যাওশিল্লী। ইকুমাযথজদুনা চাক ঈশিং থোংবা-থাকপা মহাকসু পাংশিল্লী। থবাতোন মবম ওকপা নুপীমচা অমা হাযবদু ওইবে।

খুন্দোন্দা লৈবা স্কুল অমদা থবাতোন লাইবিক তম্বা চৎলি। স্কুলদা ওঝানা হংই,

-"অঙাংশা নখোয ঙবাং চন্দ্রগ্রহন যেংব্রা?"

অঙাংশিংনো খুম্মী ঃ "যেংই ওঝা।"

থবাতোন্না হংই ঃ - "ওঝা কবিগীনো হূই কাবৌবীনা থাদা লাক্লিবদুবো?"

ওঝানা খুম্মী ঃ - "হূই কাবৌবীনা লাকপা নত্তেকো। মদু হান্নগী থাজনবীনী। অশেংবদি চন্দ্রগ্রহন তৌবা মতমদা পৃথিবীগী মমিনা থাদা তাবদা মফমদু মম্না উবনী। অদুগা সুর্যগ্রহনগী মতমদনা থানা নুমিৎপু খনঞ্জিনখিবদগী নুমিৎকী শরুক খবা নৎত্রগা কবিগুম্বদা মপূম ওইনা খঞ্জিনখিবদগী উবা ফংদবনী। মসি নখোয ক্লাস খবা যাল্লবা মতমদা তম্লক্কনী খঙলক্কনীকো। হৌজিক ফাওবগীদি মসিদমক খঙখো।"

থবাতোন মপূক্লীংদা মথন্ত্র খোযবাংবা পোকচে। চন্দ্রগ্রহনগী মবমদা মমানা হাযবা ৱাফমগা ওঝানা হাযবা ৱাফমগা মান্নদবদুদা মহাক মওল মওল খল্লী।

-"হূই কাবৌবীনা কবিগী লাক্লীবা। পৃথিবীগী মমিনা থাদা কমদৌনা তাবিবা, থানা কবিগীদমক নুমিৎপু খঞ্জিল্লিবা।"

খনবমখৈ খল্লগা মমাদা হংজে ঃ

- "ইমা ঐখোয ওঝানা হাযবিবা হূই কাবৌবীনা লাকপা নত্তে। থাদা পৃথিবীগী মমি তাবদা মফমদু মম্না উবনী হায। অদুগা নুমিৎপু থানা খঞ্জিনবদা নুমিৎতু মম্না উবনী হায।"

- "খঙদে থবাতোন। ঐখোযদদি ইমা ইপানা ইপূ ইবেন্না অদুম হাযনা অদুম তম্বীবকই। নখোয ওঝানা হাযবিবদুসু অচূম্বা মবম লৈদুনা হাযবা ওইরমগনী। অমবু ওইববসু অমবু ওইববসু নুমিৎ থা হাযবসিদি মিৎনা উবা লাইনী, মীবাযবা যাবা নত্তেকো।"



কবিগুম্বা ঐহাক্কী ইশা পাঞ্জবল্লবদি থা যৌনা পাইদুনা চৎনীংই।

নোংমা, মেবাগী পুর্ণিমা নুমিৎকী নুমিদাংনী। নুমিৎনা ময়ূম চঙখিবগা নোংপোক থংবা অতিযাদা থানা কোবোক কোয়না চীংদোন্দগী লীৎখৎলকই। লৈচীল-নোংফাই থাংদবা শেংলবা অতিয়াদা থাজনা মপূং ফানা থোক্লককপদা কনাগী থম্মোয় হূদবা যাওবগে। মীপুম খূদীংনা হাযনৈ, শোন্নৈ, মেরাগী পুর্ণিমা। পুর্ণিমাগী ইংলবা থাবলনা চামথোক্লবা মালেম অসিদা, হৈপাল লৈপাল পূন্নমক পূন্নৌ নৌখ্রে। থবাতোন্না থাজ মহাকপু যেংজৈ, ৱাবী শান্নীংই। হংজনীংবা কযা হংনীংই।খল্লী, কবিগুম্বা ঐহাক্কী ইশা পাঞ্জবল্লবদি থা যৌনা পাইদুনা চৎনীংই। থাদা অসুম যেংই, অসুম যেংই অসুম যেংনা যেংনা থবাতোনগী ৱাখল থাগী লৈবাক যৌখ্রে। থা অদু মহাক্কী মখূৎনা লাম্বা ফংবা মফম অদু ফাওবা মহাক চঙশিনখ্রে। অদুবু অঙাং ওইবিবা মহাক্কী ৱাখলনা, নকশিল্লবা ফাওবদা থাগী পাকচাউবদা



থা থা থবুংতোন, ঐ নঙগী ননাক্তা লাক্লবনী।

খেন্নবা খঙখিদে। মহাক্না উখিবা থা অদুম্মুক্তা চাউনা অদুম্মক খল্লী। থবাতোন নুংঙাইমনগ্রদুনা থাদা হায়বকই ঃ

- "থা থা থাবুংতোন, ঐ নঙগী ননাক্তা লাক্লবনী।"

থানা হংলকই ঃ - " অঙাং নঙদি কনানো, নমিং কবি কৌই, কদায়দগী লাকপনো ?"

- "ঐগী ইমিং থবাতোন কৌই। ঐ পৃথিবীদগী লাকপনী।"

- "নঙদি কমদৌনা লাকই।"

- " ঐ ইশা পাল্লিবসি উদ্রা। উচেক্কুন্না পাইবগা লাকপনী।"

- " অদুদি হায়যু। নহাক কবি পাম্মী ?"

- "অদুবুবো। ঐনা অঙাং পিশক ওইবিঙেদগী ঐখোয় ইমানা ঐবু পোবগা ঈশৈ শকই। 'থা থা থাবুংতোন, নচা মোবাম্বী পোবীগে, পোবী শনম নম্বীগে হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীবকউ' - অদুবু নঙদি নোংমতসু হৈবোং চবোং অমত্তা ফাওবা থাদবক্তে। ঐ হৈবোং চবোং হেক্কে লাক্লিবনি। নচা মোবাম্বীসু পোবীগে।

- " ঐদি হৈবোং চব্রোংসু লৈতে, ইচা মোবাম্বীসু লৈজদে। নঙনা ঐঙোন্দগী লৌখিবা যাবা হায়ববু লৈঙোই খবা নুং খবা মঙায়।"

- "নুং লৈঙোইদি ঐখোয়গী লৈবাক্তা পীক থন্না লৈনা।"

- " ঐসু নঙগী লৈবাক অদুগা অম্মানী। খেন্নবা হায়ববু ঐগীদি নুংশিৎ লৈতে, ঈশিং লৈতে।"

-"নঙসু লৈবাক অমনি হায়বা। নঙদি পিশক পীক্না উবিবসিদি।"

- "তু উব্রা য়েংঙু ঐগী লৈবাক ঐগী ঙমখৈ। নখোয়গী পৃথিবীগী শরুক মবিফু থোকপগী অমগুম্বনী।"

- "অদুবু নঙদি পৃখম মমায় অমুক্তা চাউনা উবিবদি কবিগী ?"

- "নঙগী লৈবাক্তগী ঐহাক যাম্না লাপ্পী। অদুনা পীক্না উবিবনী।"

- "কযাম্না লাপ্পগেনে। ঐদি ঙৈহাক্তদা অদুম যৌবকইনা।"

- "নঙগী লৈবাক পৃথিবীদগী ঐহাক অসি চাউবাক্না কিলোমিটব লাখ অহুম লিশিং মবিফুনীথোই, চাম্মা হুম্ফুনিপাল লাম্না মফমদা লৈবনী। তু য়েংঙু আদা অতিযাদা উবিবা যাংকোক অমূক পাক্না শংবাননা উরিবা অসে নখোয়গী পৃথিবী অদুনী।"



তু যেংঙু আদা অতিযাদা উবিবা যাংকোক অমূক পাক্লা, শংবাননা উবিবা অসে নখোযগী পৃথিবী অদুনী।

- "ইশ। অদে অসিবু ঐখোযগী লৈবাক পৃথিবী। ইশ, যাম্না পীকশিনখ্রেনা।"

- "উম, যাম্না লাপ্পা মবম অসিননী।"

- "নঙ শাউগদ্রা, ৱা অমত্তা হংগে?"

- "শাউবোই, কবিনো হংঙু।"

- "নংঙোন্দা হূই কাবৌবীনা লাকপা নৎত্রগা উম্বা অদুদা নঙ কবি ফাওই?"

- "ঐঙোন্দা হূই কারৌবীনা লাকপা নৎত্রগা উম্বগী ৱা লৈতে। মদু পৃথিবীদা লৈবা মীশিংনা থাজনবগী ৱানী।"

- " অদুদি চন্দ্রগ্রহনগী মতমদা ঐখোযনা নঙবু মচেৎ ওইনা উবিবা, কবিগুম্বদা শুকউ উদ্রিবা অসিদি কবিগীনো?"

- "চন্দ্রগ্রহ্ন হাযবসিদি থা ঐগী ইফমদা শুংথোক থোক্তবা, অদুবু পৃথিবীগী মফমদগী থা ঐবু উবগী শক্তম অদুনী। পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোযবদা চৎলি।

ঐহাক্না অমুক পৃথিবীগী অকোযবদা চৎলী। খোঙচৎ অসিগা মরি লৈননা, নুমিৎ থা অমদি পৃথিবীনা পবেং অমদা লৈবা মতমদা, পৃথিবীনা মযাযদা লৈববদি পৃথিবীগী মমিনা থাদা তাবা মতমদা থা ঐগী শরুক খবা নৎত্রগা পূন্নমক, পৃথিবীদগী উবা ফংদে। মসিবুনী চন্দ্রগ্রহন হায়রিবসি।"

- "থা থা থাবুংতোন। ঐদি অঙাং পিশক ওইবিঙেদগী নঙবু য়াম্না পামজরকই, যাম্না নুংশিজবকই। নঙবু উবগতা নুংঙাইজে। ঙসি নঙগী ননাক্তা লাক্পা ফংজবা অসি ঐহাক যাম্না নুংঙাইজে। ঐদি নঙগী লৈবাকসিদা কোযচেন চেন্দুনা শান্নজনিংই।"

- "লাউ থবাতোন ঐহাক্না নঙবু তবাম্না ওক্লী। লাউ ঐগী ইতম্বাক্তা, শান্নরো লাউ, কোয়কসি লাউ ঐগী লমখৈ থুংনা।"



থা থা থবুংতোন, ঐনা অসুক ৱাংনা চোংখৎপা ঙম্লিবসি কবিগীনো।

- "ইশ। যাম্না নুংঙাইনা নঙগী লৈবাকসিদি।"

থবাতোন্না থাগী লৈবাক্তা চেন-চোংদুনা শান্নজে। মহাক্না চোংবদা ৱাংনা ৱাংনা চোংখৎলি। থবাতোন ঙকই। মহাক্না খজিক্তং চোংবদা ৱাংনা হেক্তা চোংখৎখি। মহাক্না হংই ঃ

-"থা থা থাবুংতোন। ঐনা অসুক ৱাংনা চোংখৎপা ঙম্লিবসি কবিগীনো?"

-"অদুবুবো, ঐগী ইশা অসি নখোযগী পৃথিবীদগী হেন্না পীকপনা মবম ওইদুনা নঙগী অকুম্বদু মফম অসিদা হষ্ট। অদুনা নহাক্লা পৃথিবীদা চোংবদগী মফম অসিদা হেন্না ৱাংনা চোংবা ঙম্লিবনী। খূদম ওইনা হাযববদা পৃথিবীদা কিলোগ্রাম ৬৫ লুম্বা মীওই অমা ঐগী থা অসিগী লৈমাযদা কিলোগ্রাম ১০ দমক লূমগনী। অদুনা হেন্না ৱাংনা অমদি শান্না চোংবা ঙমগনী। "

-" ইশ, যাম্না নুংঙাইযে।"

অসি হাযবগা থবাতোন্না ৱাংনা ৱাংনা চোংদুনা শান্নজৈ, মাঙলোমদসু শান্না -শান্না চোংদুনা শান্নজৈ। মহাক্লা হাযবকই।



-"আদা উবিবা চীং মানবা অসিদি কবিনো?"

-" মসি তশেংবা চীংনী। নখোযগী পৃথিবীদা লৈবিবা চীং অদুগুম্বনী। অদুবু খেন্নবা অমতংদি ঐগী থাগী লৈমাযদা লৈবিবা চীংশিং অসি মক ইকোক কোকই, উ-ৱা অমত্তা হৌদে।"

-" অদুদি কবিগীনো?"

-"মবমদি মফম অসি ঈশিং লৈতে, নুংশিৎ লৈতে, অদুনা উপাল ৱাপাল, শা-ঙা , মী, জীব পানবা অমত্তা লৈতে।"

-"অদুদি নঙ নথন্তা কনা অমত্তা যাওদনা লৈবা অসি কিদববা?"

-"কিদে। ইবাযবক্কীনি। তাইবঙ শেন্বা মপূনা অসুন্না ওইযূ হাযনা তম্বীবম্বদু ঐ হবাওনা যাজে।"

-"নঙনা নতোমতা লৈবক্লিবসিদি কযান্না কুইবে।"

-"কুইবে। পৃথিবীগী চহীদা পাবদা চহী বিলিযন ৪ ৬ লোম শুবে।"

-"বিলিযন হাযবদি কযানো?"

-"মিলিযন অমবু মিলিযন অমনা পুবিবগী ফলনী।"

-"মিলিযন হাযবদি কযানো?"

-" মিলিযন অমা হাযবসি লাখ তবানী।"

-"অদুদি থা থা নঙদি চহী যান্না যাম্মেনা।"

-"যাম্মে। নখোযগী পৃথিবীগা ঐগা হৌমিন্নবনী লেঙ্গানী। অমবোমদা পৃথিবীগা পোকমিন্নবা ইচীল ইনাওনী। অমবোমদসু ঐসে পৃথিবীগী মচাগুম্বনি।"

-"ঐ ভাব তাবা ঙমদে।"

-"ঐ পোক্লকপগী তোঙান তোঙানবা ৱাবী মবিখক লৈ। নঙ তানীংব্রা?"

-"তানীংই। ঐদি ৱাবী তাবা যান্না পাম্মী। ইমানসু নুমিৎ খুদীং নুংঙাই নুংঙাইবা ৱাবী কযা লীবী।"

-" অহানবা ৱাবীদা, সৌবজগৎ অসি শেন্নকপা মতমদা থোক্লকপা উফূল মবীক মযাম অদুগা গ্যাস মযামদুগনা পূনশিন্দুনা থা কৌবা ঐ অসে শেমখিবনী হাযনৈ। অনীশুবা ৱাবীদা, থা ঐহাক অসে অতিযাদা কোযনা পাইবা এষ্টবোইদ অমনী। অসুম পাইবকপদা পৃথিবীদা নকশিল্লুবদগী পৃথিবীগী চিংশিন্নবগী শক্তিনা ঐবু ফাদুনা থমখিবনী অমদি পৃথিবীগী অকোযবদা অসুম লৈদুনা লৈখিবনী। অহুমশুবা ৱাবীদনা, পৃথিবী শেন্বা মতমদা উরুক্ক লৈদুনা লৈবিবা পোৎচাকশিংদগী শরুক্ক অনীথোক্লা খাইদোকখি, অচৌবা শরুক্ক অদুনা পৃথিবী ওইহৌবে। শরুক্ক মচা অদুনা থা কৌবা ঐহাক ওইখিবনী। মবিশুবা ৱাবী অসিদি অকিবগী মশক্লী, নঙসু তাবদা কিগনী।"

-"কিজবোই, যান্না তানীংই, লীবিযু।"

-"অদুবুবো মবিশুবা ৱাবীদা - মঙ্গল গ্রহ অমুক চাউবা গ্রহ অমনা পৃথিবী তন্না থুগাইরগে মতাগুম পাইশিল্লক্লুনা পৃথিবীদা শাক্ক কল্লা থেংজিল্লকখি। পৃথিবী

অসি পুমতোই তোইববগুম্বনী। কাযহৌদবা মচেৎ অদুনা পৃথিবী ওইনা লৈহৌই, অকায-অতোই মচেৎ মচেৎ মযাম অদু অমূক পূনশিল্লকুনা থা ঐহাক শেমখিবনী হাযনৈ। ৱাবী মবি অসিগী মনূংদা কবম্বনা অচুম্বনো হাযবদি খণ্ডদ্রে। অদুবু থা কৌবী ঐহাক পোকখিবগী ৱাবীদি মযাম্না অসুম্না লীনৈ। অমবু ওইরবসু অমবু ওইব্বসু ৱাবী অসি ঐনা ঙসাই হাযখিবা চহী বিলিযন ৪ ৬ কী মমাঙদা থোকখিবা ৱাবীনীকো থবাতোন। অদুনদি ঐনা থা ঐহাকসে নখোযগী পৃথিবীগী মচানী নৎত্রগা মচীন মনাওনী হাযবিবসে।

- "ৱাবী যাম্না নুংঙাই অদুবু অকোনবগী পৃথিবীদা থেংজিল্লকপদা কাযখি হাযবদুমদি ঐ পাখৎলি, শ্বাই লাউই।"

- "ঐনা হাযবদুনী নঙ শোযদনা কিগনী হাযদুনা।"

- "অদো থা থা, ঐনা নঙগী ননাকসিদা লৈবিঙৈদা পৃথিবী অসি অচৌবা পোৎশক অমনা থেংদুনা পূংকায কাযখ্রবদী, কমদৌনী? ঐ কমদৌনা যূমদা হনগনী।"

- "পৃথিবী কাযখ্রবদি নহাক ঐগী ইনাকসিদা অসুম লৈবা তাবেদনা।"

- "ঐখোয় ইমা বাবাখোযদি?"

- " পৃথিবী কাযখ্রবদি ইমা বাবাদা নত্তে, জীব অমত্তা লৈবল্লবোইদবনী থবাতোন। অদুবু নঙ কবিমতা ৱাগনু পৃথিবী কৈদৌঙৈদা কাযবোই। ঈশ্বব মহাক্কী খূৎশেন্নী। হেক কাযবা য়াবোই। শেম্বীবা মহাক্না মাঙহনগে হাযববতদা ঙমগদনী। লাউ মখা তানা কোযকুসি।"

- "ঈশিংদি যাওদবা পাৎ পুখ্রিদৌনা কোংকুৎ



ঈশিংদি যাওদবা পাৎ পুখ্রিদৌনা কোংকুৎ কযা লৈবিবসি কবিগীনো?

কয়া লৈবিবসি কবিগীনো ?”

- “জগৎকী অহাংবা সুন্দ্রং অসিদা যাম্না পীকপদগী যাম্না চাউবা পোৎশক কযা পাইদুনা লৈ। মখোয অদু এষ্টবোইদ, কোমেত অসিনচিংবনী। ঙসাই ঐনা লীখিবা ৱাবীদা পৃথিবীদা থেংজিল্লবা অদুমহাইনা ঐগী লৈমাযদসু হাযবিবা পোৎশকশিং অসিনা মবক মবক্তা থেংজিল্লে। মদুদা কুৎখিবা মফমশিংনী।

- “ অদুগা থা থা নঙসে পৃথিবীদগী উবদা পিশক পীকনা উই। মফমসিদদি যাম্না চাউবম্মে। নঙগী পাক-চাউবসি কযানো ?”

- “ঐগী অকোযবসি কিলোমিটব ৩,৪৭৫ নী। ঐগী অরুম্বনা টোন কোটিলীশিং হুম্ফুতবাহুমদোই চামবী যাখ্বে মঙা লোমনী।”

থবাতোন থাগা ৱাবী শাদুনা অসুম চৎলী। থাগী যেংবা যাবা মফম যেংই। চীংজাও চীংদুম অমদি ইপাক পাক্লা উখ্রিবা, মরুভুমীগুম্বা লৈতেম মান্নবা তম্পাক্কী লমদম। অতে মফমগা মান্নদবা মওংদা খোঙ্গুল খবা তাবা উবকই। মহাক্লা হংই।’



- “থা থা অসিদা লৈবিবা খোঙ্গুলশিং অসিদি কবিনো ?”

- “ মসি তাইবঙ মীগী খোঙ্গুলনী।”

-" তাইবঙ মীদি কমদৌনা 'সিদা লাক্লিবা?"

-" লাক্লমলে। আমেরিকাগী 'অপোল্লো ১১' কৌবা মালং জহাজ স্পেস ক্রাপ্ট তোংদুনা নিল আর্মষ্ট্রোং, এদরিন, মখোয় অনী ১৯৬৯ গী জুলাই ২০দা থা ঐগী লৈমাযদা লাক্লম্লে। নিল আর্মষ্ট্রোংনা থাগী লৈমাযদা খোঙফম থম্লম্বা অহানবা মীওইবনি। মথংদা এদরিন ই বুজ এলদ্রিন্নী। মখোযগী খোঙফম্নি তাবিবা মযাম অসি। তু উব্রা আদগী ফিবান অসে। মখোযনা যুংলম্বা আমেরিকাগী ফিবালনী।"

-"মখোযগী মমাঙদদি কনা অমত্তা লাক্লমদ্রিকো।"

-"লাক্লমদ্রি, লাক্লবদি হোৎনবম্লে। ১৯৫৯ দা সোভিযেতকী লুনা ১ না থা ঐঙোন্দা যান্না নকপা মফম ফাওবা লাক্লমলে। চহীদুমক্তদা সোভিযেতকী লুনা ২ না থা ঐগী লৈমাযদা তাবম্লে। মীদি যাওবকখিদে। লুনা ৩ না থা ঐহাক্কী, মীওইবা কনানা অমুক্তা উবা ফংদ্রবা, তুং থংবা শরুক্কী ফোটো নমখ্রে। ১৯৬৬তা লুনা ৯ না থা ঐঙোন্দা তপ্না তপ্না তাবা ঙমখ্রে। লুনা ১০ না মী যাওদনা থা ঐগী অকোযবদা লৈদুনা লৈখি।"

-"হৌজিক ফাওবদা থাগী লৈমাযদা পৃথিবীদগী মীওইবা কযা লাকখ্রবগে?"

-" হৌজিক ফাওবদা মীওইবা তবানিথোইনা থা ঐহাক্কী লৈমাযদা লাকখ্রে।"

-" মখোয অদু মফম অসিদা মতম কযাম কুইনা লৈবম্বগে?"

-"ঐ হাযগে মুন্না তাওকো। ১৯৬২ গী জুলাইদা এপোল্লো ১১ দা লাকখিবা নিল আর্মষ্ট্রোং না থাগী লৈমাযদা পুং ২ মিঃ ৩২ লৈবম্মী, এদরিন ই "বুজ" এলদ্রিন্না পুং ২ মিঃ ১৫ তমক লৈবম্মী। ১৯৬৯গী নবেম্ববদা এপোল্লো ১২ তা লাকখিবা চার্লস কোনবেদ জুনিযাব অমদি এলেন এল বিন, মখোয অনীমক পুং ৭ মিঃ ৪৫ লৈবম্মী। ১৯৭১ গী জনুৱাবী-ফেব্রুৱাবীদা লাকখিবা এপোল্লো ১৪ দা লাকখিবা এলেন বি সেফর্দ অমদি এদগব দি মিতচেল অনীনা পুং ৯ মিঃ ২৩ লৈবম্মী। ১৯৭১ গী জুলাই-অগষ্টতা এপোলো ১৫ দা লাকখিবা দেবীদ আব স্কোত্ত না পুং১৯ মিঃ ৪ অদুগা জেমস বি ইবরিন্না পুং ১৮ মিঃ৩৫ লৈবম্মী। ১৯৭২ গী এপ্রিল থাদা এপোলো ১৬ তা লাকখিবা জোন দবলিযু

যং অমদি চার্লস এম দ্যুক জুনিযব অনীমক পুং ২০ মিঃ ১৪ লৈবম্মী। ১৯৭২ গী দিসেম্বব থাদা এপোল্লো ১৭ তা লাক্রুম্বা ইউগেন এ সেবনান অমদি হ্বিসন এইচ স্মিত্তনা পূন্না পুং ২২ মিঃ ৪ লৈবম্মী। এপোল্লো ১৩ দি ঐগী ইনাক য়ৌবক্তনা অদুম্মক পৃথিবীদা হনখ্রে।

- "অদুগী মতুংদদি কন্না অমত্তা লাকখিদ্রববা ?"

- "মদুগী মতুংদা ঙসি নঙগা উন্নবিবসিনী।"

- "অদুবু থা থা, নঙগা উন্নবা ফংবসি যান্নদি নুংঙাই অদুবু ঐঙোন্দা নীংবা কাযবা অমদি লৈ।"

- "কবি নীংবা কাযবিবা ?"

- "ঐনা উজখিবা, নীংজখিবা অদুগা খেন্নবম্বা, হৈবোং পাম্বী হৌবমদবা, নচা মোবাম্বী লৈবমদবা।"

- "অদুগীদমক কবিমতা নুংঙাইতবা তৌগনু থবাতোন। পৃথিবীগী মীযান্না ঐবু নুংশিবীদুনা তোঙান-তোঙানবা মিৎযেংদা যেংই। খবনা ঐবু নুপী ওইনা উই, খবনা ঐবু নুপা ওইনা উই, খবনা ঐবু লাই ওইনা খনবী। অদুননি নখোযনা ঐঙোন্দা - নচা মোবম্বী পোবীগে হৈবোং চবোং অমত্তা থাদবীবকউ হাযনা হাযবিবদু।"

- "অদো, থা থা, ঐনা খঙনীংবা অমতংগা হংগে ?"

- "কবিনো অমত্তা নৎত্রবসু তবেৎ-তবা থোক্লা হংবা কবিসু কাযদে, হংউ।"

- "অদুবুবো থা থা নঙসে, অমুকসু চাউই, খবা-খবা পীকশীল্লকই অদুগা নোংমসু থাশিনী হাযদুনা হেক্তা উবা ফংদে, অদুদগী অমুক নোংমা-নোংমা অসুম খবা-খবা চাউখৎলক্কুনা মপূং ফাবকই, পুর্ণিমা ওইবকই, মসিবু কবিগীনো ?"

- "থবাতোন, ঐগী ইফমদদি থাশি পুর্ণিমা হাযবা কবিসু লৈতে। পৃথিবীদগী উবদা পৃথিবীগী মীযান্না ঐবু অমুক পীক, অমুক চাউ উবিবদো, মদুদি অচুম্বনি। ঐহাক্লা ইতোমতা অসুম উঙজনা পৃথিবীগী অকোযবদা কোযদুনা চৎলি। পৃথিবীনসু মশা মতোমতা উঙজদুনা নুমিৎকী অকোয়বদা কোযনা চৎলী। খোঙচৎ অসিনা মবম ওইদুনা পৃথিবীদা ঐবু অমুক পীক অমুক চাউ তৌদুনা

উবিবনী। ঐ ইতোমতা অমূক্তং উংজবদা নুমিৎ ২৯ ১/২ বোম চঙই। অদুগা পৃথিবীবু অমূক কোযবদা নুমিৎ ২৩ পূং ৮ চঙই। অদুননি ঐগী তুংথংবা শকক অসি উবা ফংদ্রিবা। ভাব তাবববা থবাতোন।"




থা থা নঙনা অমুকসু চাউই অমূকসু পীকই তৌবিবদু কবিগীনো?

- "উম, ভাব খব-খববুদি তাবে। অদুবু ঐদি অঙাং ওইবিবনিনা লৌশিনবদি ৱানা থোকই। অদো নঙগী নঙাল নঙগী থাবলনা অসূক যান্না ফজবিবসি কবিগীনো সিদদি থাবল থোকত্রা?"

- "থবাতোন নঙনা হংবসে যান্না ফজবা হংবা যাবা ৱাহং ঙাক্তনী। অদবু থবাতোন নঙনা খঙগদবদি ঐগীদি ইশাগী মঙাল লৈজদে। ঐঙোন্দা তাবিবা নুমিৎকী মঙালসে ঐনা থক্তোক্তুনা পৃথিবী যৌবনি, ঐ ইশাগী ইঙাল লৈজদে থবাতোন।"

- "অদু ওইববসু থা থা, নঙগী থাবলসে পৃথিবীদদি ওহ্লোক্লা ফজখ্রে। মী পূন্নমক নঙগী থাবলদা ঙাওনৈ।"

- "ইশ কবম হাযনা ঙাওনবিবা ?"

- "খঙদে লোইনা ঙাওনৈ। লৈচীল-নোংফাই থাংদবা মেবা থাদা নঙগী থাবলদা মীপূম খূদীং ঙাওনৈ। মেরাগী পূর্ণিমা হাযদুনা মীপূম খূদীং শোন্নে।"

- "ঐগী ইগুন্দী লৈজদনা নখোযনা থাগৎপীবনা হেল্লবনীকো থবাতোন। ঐগী ইগুণ হাযববু ঐগী চিংশিনবগী শক্তিনা পৃথিবীগী সমুদ্রগী ঈশিং ঈমায় ৱাংহন্দুনা ইথক হৌহনবা জ্বাব কাহনবা ঙম্মী। অদুবু ঈশিং অদু ঐ যৌনবা চিংখৎপদি ঙমদে।"

- "সমুদ্রদা জ্বাব কাবদো ঐদি উদ্রি। ঐখোয ওজানদি তাকপী, যান্না ফজে হায। অদুগা থা থা, নঙোন্দা হৈবোং পাম্বী ওইনা মুনা উবিবদুদি কবিনো ?"

- "ঐঙোন্দা লৈবিবা ক্রেতবশিং অসিদা নুমিৎকী মঙাল যৌবা ঙমদে। অদুনা মুনা উবনি।

- "নঙনা ঐগী মবমদা খঙনীংবা হংনীংবা লোইববা থবাতোন ?"

- "থোইদোকপা হংনীংঙাইদি লৈত্রে অদুবু অবোইবা ওইনা অমখক্তং হংজগে।"

- "হংউ, খঙনীংবা হংবদা কবিসু অকাযবা লৈতে।"

- "ইমানা থা থা নঙবু লাইনী হায। থা কৌবা লাই নৎত্রগা চন্দ্রদেব হাযনা কৌই হায। অচুম্ববা খঙনীংই।"

- "ফংবা ঙমদবা উবা ঙমদববু লাইনী হাযনৈ। অদুনা ঐবু লাইনী খল্লবসু কাযদে। ইচম চম্বা নূং লৈঙোইনা শাবা পোৎশক্লী খল্লবসু অদুম যাই।"

অসূম্না পীক্লিবা থবাতোন্না থাগী মবমদা খঙনীংবা কযা মথম্মোয পেন্না হংজবে। অদুবু মহাক পেন্দে। অতিযাদা থোক্লিবা নুমিৎ থা থৱানমিচাক্কী মবমদা মহাক খঙনীংই। নুমিদাং খূদীং থৱানমিচাক্কী তগুপ-তরেংদা ঙাওজে। কবিগুম্বদা থৱানমিচাক মশীং থিবদা ঙমদ্রদুনা তোকপা নুমিদাং মশীং যামখ্রে। মহাক্লা সুর্যদেব, নুমিৎ কৌবা লাইগী মবমদা যাম্না খঙনীংই। মহাক্লা থাদা হংজৈ।"

- "অদুদি থা থা ঐ নুমিৎকী মনাক্তা চৎনীংই। নঙগা ৱাবী শাবদৌনা শানীংই। ঐ নুমীৎকী মনাক্তা চৎলুখিগে।"

- "ঙাইখো, অমুক্তা তপথকো। তৌগে নীংবা থবক্তা তহা-তহাগনু। নঙ নুমিৎকী মনাক্তা চৎপা যাবা নৎতে। নুমিৎকী মৈশানা নঙ চাকথেক্তুনা মিকূপ অমগী মনূংদা উৎ ওনগনী। নঙ ঐগী অসিদা অসূম লৈবগা নুমিৎকা ৱাবী শাবা যাগনী।"

- "কবম্না নঙগীসিদা 'সুম লৈবগা, মনাক্তা চৎতনা কমদৌনা ৱাবী শাগদৌবিবা?"

- "মহাকপু মফম অসিদা কৌবগা ৱাবী শাবা যাগনী।"

-"মহাক্না লাকপদদি মহাক্কী মৈশা অদু যাওবক্লোইদ্রা?"

- "মহাক মশা লাক্কদবা নত্তে, মহাক্কী আত্মানা লাক্কদবনী। নখোযগী মহাভাবতকী মতমদা কুন্তীনা, আক্রশনগী মন্ত্র হাযবদু শীজিন্নদুনা সুর্যদেববু কৌখিবগী বাবী লৈবদুদি।"

- "ঐদি মন্ত্রদি ফাদেনা।"

- "মন্ত্র নৎত্রবসু নঙনা নবূক শেংনা কৌজববদি অদুম্মক লাক্কনী। অমূক্তং কৌদুনা যেংউ থবাতোন।"

- "ঐ কৌগে থা থা নঙ চৎখিনূকো, ঐ ইতোমতা কিজৈ।"

- "চৎলোই। তুমিন লোৎতুনা লৈগে। কৌবো।"

# অনীশুবা

অসূন্না থবাতোন্না খঙনীংবা হংনীংবা কযানা ঙাওখিদুনা নুমিৎ কৌবা লাইবু কৌগে হাযনা খনখ্রে। মহাক্না মমিৎ উইশিন্দুনা মখূৎ লোন্নবগা নুমিৎ মহাকপু কৌজবকই ঃ

- হে নুমিৎ কৌবা লাই, সুর্যদেব ইবুংঙো। ননাইদি কবিসু খঙজদ্রিবী অঙাংনী। ইমানা তম্বীদুনা নুমিৎ খূদীংগী অযুক্তা ইবুংঙো নঙনা থোক্লককপদা ঈশিং খুজাই অথনবা অমগা লৈ খবগা কৎলগা নুমিৎ খূদীং খুকমজবদু উবীবমগনী। ইমানা ইবুংঙো নঙবু লাইনি হায়। ঐগী 'নাক্তা অমুক্তা লাকপীদুনা অঙাং ওইবিবা ঐগী নীংজবা থুংহনবীয়ু।"


সুর্যদেব ইবুংঙো ননাইনা

- "ঐ লাক্লে ননাক্তা। অদুবু নহাক্না ঐবু উবদি ফংলোই। নঙ্না ঐবু কৌবগী মবম কবিনো অঙাং?"

- "সুর্যদেব ইবুংঙো ননাইনা খুকমজবি।"

- "অঙাং নহাক পৃথিবীদগী লাকপনী হাযবা ঐহাক খঙই। মবমদি ঐগী সৌবজগৎ অসিদা পৃথিবী নত্তনা, তাইবঙ মীদি লায়রদুনা জীব পানবা অমত্তা লৈতে। হাযযু নহাক কবি তৌবা লাকপনো? নঙগী নমিং কবি কৌই?"

- "ঐগী মিং থবাতোন কৌই। ঐনা নহাকপু কবি হায়না কৌজগদবনো, নুমিৎ হাযনা কৌগদ্রা, সুর্যদেব হাযনা কৌগদ্রা?"

- "নখোযনা থোনবীবা মিংনী। অমা হেক্তা কৌবা ঐ হবাওনা অদুম্মক যাগনী। ঐ অসিবু নঙনা নুমিৎ কৌই, ভাবতকী অযাম্বা মফমদা 'সুর্য' নৎত্রগা 'সুবজ' কৌই। ইংলিসশিংনা 'সন' কৌই। লেতিন অমদি স্পেনিসতা ঐবু 'সোল' কৌই। ফ্রেঞ্চশিংনা ঐবু 'সোলৈল' কৌই। ইটালিশিংনা ঐবু 'সোল' কৌই। জর্মনশিংনা ঐবু 'সোন' কৌই। গ্রীকশিংনা ঐবু 'হেলিওস' কৌই। জপানীজশিংনা





ঐ লাক্লে ননাক্তা, নঙনা ঐবু কৌবগী মবম কবিনো?

ঐবু 'তাইযো' কৌই। কোবিযাদা ঐবু 'টাইযাং' হাযবগা খঙনৈ। হঙ্গেরীদা 'নেপ' হাযবগা খঙনৈ। নঙনা ঐবু 'নুমিৎ' হাযনা কৌবিবা অসি মঙাই। কৌনিংবা অমা হেক্তা কৌ, ঐ হবাওনা খুমগনী।"

- "অদুদি সুর্যদেব ইবুংঙো, সুর্যগ্রহনগী মতমদা হূই কাবৌবীনা লাকই হাযনৈ। অচূম্ববা?"

- "ঐদি সৌবজগৎ সোলাব সিস্টেম অসিদা খ্বাইদগী চাউবা পোৎশক অমনী। অদুগীসু মথক্তা ঐদি চাক্লিবা মৈনী। ঐগী মৈশাদা কনামতনা ঐগী ইনাক্তা নকশীল্লকপা ঙমদে। ঐবু হূই কাবৌবীনা চাবা উম্বা নত্তে, বাহু কেতুনা চাবসু নত্তে। থানা ঐবু লুমশিনবদা ঐগী শরুক খবা উবা ফংদবনী। ভাব তাববা অঙাং?"

- "তাজবে, থা থানসু মদুম্মক হায। সুর্যদেবদগী তাজনীংদুনা তৌবনী। অদুগা সুর্যদেব, নহাক্কা খ্বাইদগী চাউই হাযবিবসিবু কযাম্মূক চাউবগে? ঐখোযনা পৃথিবীদগী উবদদি পূখম মমায অমুক্তা চাউনা উবিবসিনা কবিগীনো?"

- "ঐ হাযগে মুন্না তাউকো থবাতোন। নখোযনা নুমিৎ হাযনা কৌবা ঐহাকসে সৌবজগৎ অসিগী খ্বাইদগী মযাযদা লৈবা খ্বাইদগী চাউবা থৱানমিচাক অমনি। ঐহাক্কী মতম খূদীং চাক্তুনা লৈবা মৈ অসিগী মৈশানা, সৌবজগৎতা লৈবিবা ঐগী ইচা-ইনাও, ইমূং-মনুংদা, মঙাল মৈশা অমদি অতৈ শক্তি কযা পীবিবনী। ঐগী অকোযবদা গ্রহশিং অমদি মখোযগী থাশিং, কোমেত অমসুং এষ্টোবোইদ লীশিং-লীশিংনা কোযনা চৎতুনা লৈ।"

- "অদুদি সুর্যদেব নঙ অসি অসুক যান্না ঙাল্লিবসি কবি পোৎশক্লা শাবনো?"

- "ঐ অসি হাইড্রোজেন গ্যাস অমদি হেলিযম গ্যাসনা শাবা মযায ওইনা চাউবা থৱানমিচাক অমনী। শরুক মবি থোকপগী অহুম্না হাইড্রোজেননী, শরুক মবি থোকপগী অমনা হেলিযমনী।"

- "নুমিৎ থা থৱানমিচাক হাযবসি ঐদি অতিযাদা থোকপা তোঙান তোঙানবা পোৎশক ওইনা উই, সুর্যদেববু থৱানমিচাক্কী হাযবিবদি কবিগীনো?"

- "নুমিৎ কৌবা ঐগী ইশা অসি থৱানমিচাক মযাম অসিগা মান্নবনী। নখোযগী পৃথিবীদগী খ্বাইদগী নকপা থৱানমিচাক্কী ঐহাক অসে। অতৈ থৱানমিচাকশিং অসিনা লাপমনখিবদগী পৃথিবীদগী পিশক পীক্লা উবনি। তশেংবদি ঐঙোন্দগী যাম্না হেন্না চাউবা মশীং লার্কঙমদ্রবা থৱানমিচাক্কী লৈবিবনি অহাঙবা অতিযা অসিদা।"

- "সুর্যদেব নহাক অসি যাম্না চাউই হায, কযামুক যান্না চাউবগে, পৃথিবীদগী কযাম লাপ্পা মফমদা লৈবগে অমুক্তা তাকপীযু।"

- "থবাতোন, ঐ অসি, অকোযবদা কিলোমিটব ১৩,৯১,৯৪০ কিঃ মিঃ লাখ তরাহুমদোই লীশিং মবিফুতবামাখোই চাম্মাপল নিফু না কোল্লি। পৃথিবীনা চাউবগী শরুক চাম্মদগী হেন্না চাউই। ঐঙোন্দা য়াওরিবা পোৎচাকশিং অসি সৌরজগৎতা লৈরিবা গ্রহ অমদি মখোয়গী থা ময়াম, অসিদা য়াওবিবা মযামসিগা অযাম্বা মান্নে। ঐঙোন্দা সনাসু যাওবি।"

- "সনাসু যাওব্রা, অদুনবা লংনা উবিবসে।"

- "নত্তে, হাইড্রোজেন অমদি অতৈ গ্যাস চাকপনা মৈশা থোক্লিবনী অমদি মঙাল থোক্লিবনী।"

- "অদুদি সুর্যদেব নঙ অসি কযা অমূক যাম্না শাই?"

- "ঐগী হৃকচাং অসিগী শাবগী চাং অসি মফম মফমগী মতূং ইন্না খেন্নে। খ্বাইদগী মনূং ইথঙ থংবা শরুক্তা সেলসিযস দিগ্রী কোটি অমা লাক্ষ যাঙ্খে বোম্নী। খ্বাইদগী মথক থংবদা সেলসিযস দিগ্রী ৬০০০ তগী ২০,০০০ ফাওবা শাই। খ্বাইদগী শাবা মফমদা সেলসিযস দিগ্রী কোটি ১১ ফাওবা শাই।"

- "ইশ। অদুদি যাম্না শাবা জাৎনিনা। অদুগা পৃথিবীদদি অদুক যাম্না শাবা ফাওদ্রিবদি কবিগীনো?"

- "ঐনা হাযখিবদুনী। লাপ্পননি।

- "ইহে, নঙনা লৈবিবসি পৃথিবীদগী কযাম লাপ্পা মফমনো হাযবদি হাযখিদ্রিমালে।"

- "ঐনা লৈবিবা মফম অসি নখোযগী পৃথিবীদগী কিলোমিটব কোটি তবামবি লাখ মবিফুতাবা তরুক লোম লাপ্পা মফমদনী। অদুনদি ঐগী মৈশা অশেংবদু নখোযদা ফাওদ্রিবা।"

- "ইশ। যাম্না লাপ্পীনা। অদুগা সুর্যদেব নঙনা মফম অসিদা লৈবক্লিবসি কযাম কুইবে?"

- "ঐহাক পৃথিবীগী চহীদা বিলিযন মবি-মখাযবোম শুবে।"

- "থা থানসু অদুম্না হায। মহাকসু নঙগা চহী অদুম মান্নব্রা?'

- "মান্নে। ঐখোয অমত্তনী। সৌবজগৎতা লৈবিবা পূম্নমক ঐগী ইচীল ইনাও, ইপা-ইচা শাগে নাতৈ ঙাক্তনী।"

- "সুর্যদেব নহাক্কা পোক্লকপগী ৰাবীসু লীবীযু। ঐদি ৰাবী তাবসু যাম্না পাম্মী। ইমানসু লীবী, থা থানসু লীবী।"

- "চহী বিলিযন তবাবোমগী মমাঙদা জগৎ অসি শেমখিবা মতমদা, পোখাযবগী থৌদোক বিগ বেং অমদগী উরু-রু লৈবা উফূল অমদি গ্যাসকী লৈচীলনা মতম কুইনা লৈদুনা, উংদুনা লৈখি। মদুগী মতূংদা চহী লাখ কযা

চঙনা লৈচীল অদু চিংশিন্নবগী শাফুনা মযায চবুক তম্না চিংশিন্নখ্রে, নপশিন্নখ্রে। মতুংদা মযায় পোঙবা শরুক অদুনা নুমিৎ কৌবা ঐহাক ওইহৌবে, অতৈ শরুক অদুনা পৃথিবীনচিংবা গ্রহ মযাম ওইখ্রে, অসুন্না হাযনৈ।"

- "অদুদি গ্রহ উপগ্রহ পুন্নমক সুর্যদেব নঙগী নচা নশুনী হাযবমক চুল্লেদনা।"

- " হোয, ইচা ইশুনী খনবসু যাই। ইচীল-ইনাউনী হাযবসু কাযদে। ইশোয শোযদবীদা ঐগী শাগৈনী হাযবনা খ্বাইদগী ফবে।"

- "অদুদি নঙনা শাবগা ঐখোযগী পৃথিবী অমদি থানা কবিগী ইংলিবনো?"

- "নখোযগী পৃথিবী অমদি গ্রহশিংদি পীকপনিনা থুনা ইংথখিবনী। অদুবু নখোযগী পৃথিবীগী মনুং থংবা শকক্তি যাম্না শাবীবনী হৌজিকসু। মৈগী চীং পোকখাযবদা লৈনুংদগী থোবকপা লাভাশিংদু ব্রুং-ব্রুং শৌবা নুং অমসুং ধাতুগী মহী ঙাক্তুনী। ঐঙোন্দা যাওবিবা অসিগুম্বনী।"

- "সুর্যদেব নঙগী নশা অদু ইংথবদা কযাম কুইনা চঙখিনী?"

- "ঐঙোন্দা যাওবিবা মৈচাকশিং হাযবদি হাইড্রোজেন অমসুং হেলিযমশিং অসি ঙসিদগী চহী বিলিযন মঙাবোমদি লোইখিবোই অদুম চাক্তুনা লৈখিগনী। মদুনা ঐগী সৌবজগৎনা মৈশা অমদি শক্তি অদুম্মক কাযদনা ফংখিগনি।"

- " নঙনা ইংথববা মতমদদি পৃথিবীগুম্না লৈবা যাবা মফম ওইবরুদ্রা?"

- "মদুদি ঐসু খঙদে, ঐনা খঙবা হাযববু মতম অদুদদি পৃথিবীদা তাইবঙ মী অমসুং জীব পানবা অমত্তা হিংবদি ঙম্নবোই। ঐহাক্না বেদ জাইন্ট নৎত্রগা হ্বাইট দ্বার্ফ ওল্লকনী।"

- " অদুদি ঐদি যাম্না কিজেযে।"

- "কিগনু। ঙসি হযেংগী ৱা নত্তে, চহী বিলিযন মঙাগী মতুংগী ৱানী।"

- "যাম্না নুংঙাইজৱে সুর্যদেব। নহাক্কী মবমদা ঐখোযনা খঙলম্বগা অশেংবা ওইবম্বা মওংগা যাম্না খেন্নবল্লে। অদুবু নুংঙাইজবা অমদি, সুর্যগ্রহনগী মতমদা নঙবু হূই কাবৌবীনা উম্বা নত্তে হাযবসিনি। অদুগা ঐনা উন্নবিঙৈসিদা সৌবজগৎকী মবমদা খঙবা যাবা খবসু খঙজনীংই।"

- "গ্রহশিংগী মবমদা নঙগী থা থা গা তান্নবগা খঙবা যাগনী। ঐদি কুইনা লৈথোকপা য়াদে। চৎখ্রগে থবাতোন।"

- "খুকমজবি সুর্যদেব।"

- "নুংঙাইনা পাল্লু থবাতোন"।

মতৌ অসুন্না থবাতোন্না হংনীংবা কযা থৱাই যাওনা হংজে। সুর্যদেবগা ৱাবী শান্নজবা ফংবা অমদি চিংনবা কযা কোকহনবীবগীদমক নুমিৎপূ হন্না হন্না থাগৎচৈ। মহাক্না অমূক মহাক্কী চান্নজবা থাদা হংজে ঃ

- "থা থা সুর্যদেবনা তাকপীবম্বা নহাক্কা তান্নবগা গ্রহশিংগা ৱাবী শাবা যাগনী হাযবদু, ঐদি গ্রহশিংগা ৱাবী যাম্না শান্ননীংই। থা থা নঙনা অমূক্তা শীনবীদুনা ৱাবী শাবা ফংহনবিযু।"

- "থবাতোন, নঙনা খঙনীংবা পূন্নমক খঙনবা হোৎনবদা ঐনা পাংবা যাবা নতেং পাংগনী।"

- "অদুদি ঐদি গ্রহশিংদি অমত্তবু খঙদে। কবম্বা গ্রহগা অহানবা ৱাবী শান্নবা যাগনি?"

- "নুমিৎতগী নকপা লাপ্পা মতুং ইন্না মথং মথং অদুম্মক ৱাবী শান্নবা যাগনী। নুমিৎতা খ্বাইদগী নকপা গ্রহ অসি মাবকবিনী। ইহান হানবদা মহাক্কা বাবী শান্নবা যাত্রা যেংশি। নঙ নমিৎ উইশিল্লু। নপূক্নীং অনী লোঙদনা মাবকবিবু নীংজৌ। মহাক শোযদনা লাক্কনী।

# অহুমশুবা

থবাতোন্না মমিৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা মপূক্লীংদা মাবকবিবু নীংজৈ। সুর্যদেবনা লাকপীবগুম লাকপীগনি হায়না মপূক্লীংদা চপ যুংনা থাজবা পোকচৈ। হায়গুম্লদনা মমাঙদা মঙাল অমা ফাওবকই, মশক্তী উদনা হংলকই ঃ

- "ঐবু কৌবিবা অঙাং নহাক কনানো ?"

-"ঐ থবাতোন্নী, পৃথিবীদগী লাকপনী।"

- "থাগী লৈবাক অসিদদি নহাক কবি তৌবল্লিবনো ?"

- "ঐহাক নুমিৎ থা থৱানমিচাক গ্রহ অমদি উপগ্রহনচিংবা অতিযাদা থোক্লিবা পূন্নমকপু নুংশিজবা, উন্নজনিংবা, ৱাবী শাজনীংবা পীক্লিবা অঙাং নাউৱানী। অদোমবু নীংজবা অমদি কৌজবগীদমক ঙাকপীযূ।"

- "ঐনা নঙবু ঙাকপীববনী। হায়যু ঐঙোন্দা কবি হায়নীংবা, চিংনবা লৈতনা হায়যু।"

- "ঐনা অদোমবু কবি হায়না মিঙ্গৌজগদবনো খঙজদে।"

- "ঐবু নখোয়গী পৃথিবীদা মাবকবি হায়না মিঙ্গৌনবনী। ঐবু মাবকবি হায়না অদুম্মক কৌবদা অকাযবা কবিসু লৈতে।"

- "অদুদি মাবকবি কৌবা ইবুংঙো। নহাক অসি কনানো কবিনো হায়বদু নফমদগী তাজনীংই।"



ঐবু নখোয়গী পৃথিবীদা মাবকবি হায়না মিঙ্গৌনবী।

- "অদুদি তারো থবাতোন। ঐহাক অসি নুমিৎকা খ্বাইদগী নরুবা গ্রহ অমনী। অদুগা ঐহাক অসি সৌবজগৎ অসিদা খ্বাইদগী পীকপা গ্রহ অমসুনী। ঐগী অকোযবসি চাউবাক্লা কিলোমিটব ৪৯২৮ লোমতনি। ঐহাক্লা পৃথিবীগী থা অসিদগী খজিক্তং চাউবা হেল্লী।"

- "নহাক্লা নুমিৎকা খ্বাইদগী নক্কে হাযবিবসিবু নুমিৎকা কযাম নরুবগে, পৃথিবীদগীনা কযাম্না লাপ্লগে?'

- "ঐনা লৈবিবা মফম অসি নুমিৎতগী কিলোমিটব কোটি মঙা লাখ মবিফূ লাপ্লী অদুগা পৃথিবীদগীনা কিলোমিটব কোটি মাপল লাখ কুন লাপ্লী।"

- " ইশ। যাম্না লাপ্লীনা। অদুগা নুমিৎতগী খ্বাইদগী নকপা গ্রহনী কমদৌনা হাযবিবা?"

- " চুম্মী যাম্না লাপ্লী। অদুবু লাপতূনসু ঐহাক অসি নুমিৎকা খ্বাইদগী নরুবা গ্রহনী। অতৈ গ্রহদি নুমিৎতগী যাম্না হেন্না লাপ্লী। লাপ্লদুনা মবম ওইদুনা ঐ অসি নখোযগী পৃথিবীদগী যেংবদা পিশক পীকপা থবানমিচাক অমূক্তা চাউনা উবিবনি। অযূক অঙনবদা নোংপোক অতিযাদা ঐ অসি খ্বাইদগী চাউবা খ্বাইদগী লংবা থবানমিচাক অমগুম উবা ফংগনী। ঐবু নখোযনা 'মোর্নিং ষ্টাব' হাযবদি অযূক্কী থবানমিচাক কৌই। নখোযগীনা 'শজিক থবা' হাযবদো ঐহাক্কী।

- "ইশ। নঙদি শজীক থবা হাযবদু ওইবেকো। ইমানা তাকপীদুনা ঐদি নঙবু খঙবা কুইবে। অদুদি নঙবু শজীক থাবা কৌবসু যাইনা?"

-" যাই যাই। নঙনা কৌনীংবতা কৌ, শজীক থবা কৌগেবা, মাবকবি হাযনা কৌগেবা। অদুগা ভাবততদি ঐবু বুধ গ্রহসু কৌনৈ। হাযবদি যুমশকৈশ গ্রহ।"

- "অদুদি শজীক থবা কৌববসু মোর্নিং ষ্টাব কৌববসু, মাবকবি কৌববসু, বুধ গ্রহ যুমশকৈশ গ্রহ কৌববসু চপ মান্নেকো।"

- "চপ মান্নে। পূম্নমক পৃথিবীগী মীযাম্না ঐবু কৌনবা মীঙ্গৌনী।"

- "অদুনসু লোইদ্রি, ঐগী ইমিং কযামসু লৈবি। নখোযগী পৃথিবীগী তোংঙান তোংঙানবা মীশিংনা ঐবু তোংঙান-তোংঙানবা মিং কৌনৈ। সুমাবিযানশিংনা ঐবু 'উবু-ইদিন-গুদ-উদ' কৌই। বেবেলোনিযানশিংনা ঐবু 'নাবু' নৎত্রগা 'নেবু' কৌই, মসিগী আর্থদি ইশ্বরগী দুত হাযবনি। গ্রীকশিংনা ঐবু

'এপোল্লো' অমদি 'হাবমিস' কৌই। বোমানশিংনা ঐবু , মখোযগী মশা পানবা লাই অদুগী মমিং লৌদুনা, 'মাবকবি' কৌখিবনি।"

- "শজিক থবা নঙবু তোংঙান-তোংঙানবা মিঙ্গৌনবিবসি নঙগী নতীক-নগুণ অদুননি। ঐনা খঙনীংবদি নহাক অসি কবিনো, কবিনা শাবনো হাযবসিনী।"

- "ঐ অসি পৃথিবীগুম্বা, থাগুম্বা অতে গ্রহগুম্বা পোৎশক অমনী। ঐগী মথক থংবা লৈমায অসি নখোযগী পৃথিবীগী থা অসিগা চপ মান্নে। নূং, লৈঙোই অমদি নূংজাও কযানা শাবনী। ঐঙোন্দা ধাতুসু যাওবি। ঐহাক্কী পাক্লবা লৈতেম মান্নবা লমদম, ৰাংলবা চীংদোল অমদি অকূৎ-অকূৎপা ক্রেটব হাযনা খঙনবা মফম কযা লৈ। আবগোন, নিওন অমসুং হেলিযম গ্যাস ঐঙোন্দা যাওবি।"

- "অদুদি নুংশিৎতি লৈব্রা?"

- "নুংশিৎ লৈতে। নুংশিৎ লৈতবনা মবম ওইদুনা শাবা মতমদা যাম্না শাই, ইংবা মতমদা যাম্না ইংই। নুংথিলগী মতমদা সেলসিযস দিগ্রী ৪৩০ বোম শাই। নুমিদাংগী মতমদা সেলসিযস দিগ্রী—১৭০ ফাওবা ইংথৈ।

- "ইশ। অদুদি ঐদি লৈবা ঙম্মোযবো।"

- "কন্নামত্তা লৈবা ঙম্মোয। অদুনা ঐগী লৈবাক অসি জীব পানবা অমত্তা লৈতে।"

- "ঈশিংসু লৈতবা?"

- "ঈশিংসু লৈতে"।

- "অদুদি নঙদি ঈশিং খৌবাংলবা মতমদা কবম হাযনা তৌই?'

- "তাইবং শেম্বা মপূনা ঐহাক অসুম্না লেল্লু হাযনা তম্বীবম্মী। ঐহাক ঐগী লাইবক্লা তম্নক্লবা পূন্সি অসিদা অদুম্মক পেঞ্জে।"

- "অদুদি শজীক থবা, নঙদি চহী কযা শুবে?"

- "সৌবজগৎ শেমখিবা নুমিৎ অদুদা ঐসু পোকখিবনী। চাউবাক্লা চহী বিলিযন মবি মখাযবোম শুবে।

- "নঙদি অসুম্মক লেঙদনা লৈববা, কোযনা চৎপবা?"

- "সৌবজগৎ অসিদা লৈবিবা গ্রহ পূন্নমক নুমিৎকী অকোযবদা কোযনা চৎপগুম, ঐসু নুমিৎকী অকোযবদা চৎলী। সুম চৎনা চৎনা ঐহাক ইশা ঈথন্তসু উঙউজে।"

-"কমদৌনা উঙলিবা? খুং উংবদৌনবা?"

-"মানি মদুমক্কি। খুং উঙবদৌনা উঙলিবনী। ঐনা নুমিৎকী অকোযবদা পূংদা কিলোমিটব লাখ অমা লীশিং হুম্ফুতবাহুমদোই চানিপাল শুপ্না মাপল যাঙনা কোযবিবনী।"

-"ইশ যাম্না যাঙনা চৎলীকো, ৱাদ্রা?"

-"ৱাদে, ৱাই হাযদুনসু পোৎথাবা যাদে। ঐনা নুমিৎকী অকোযবদা অমূক কোযবদা পৃথিবীগী নুমিৎ ৮৮ নী চঙই, অদুগা ঐ ইতোমতা অমূক উঙজবদা পৃথিবীগী নুমিৎ ৫৮৫ লোম চঙই। ঐনা হেক কোযদবদা নুমিৎনা ঐবু চিংশিনখিগনি।"

-" অদুগা ঐখোযগী পৃথিবীগীদি থা লৈ, নঙগীদি থা লৈব্রা?"

- 'ঐগীদি থা অমত্তা লৈজদে। ইতোমতনী।"

-"ঐ ৱা অমতংগা হংনীংই।"

-"কবি বানো হংঙু।"

-"থাগী লৈমাযদা অতিযাগী পোৎ মযামনা থেংজিল্লবগী অকূৎপা মফম যাম্না লৈ। নংঙোন্দদি থেংজিল্লদবা?"

-"থেংজিল্লে। খ্বাইদগী চাউবা থেংজিল্লবগী অকূৎপা মফম ক্রেতব অসি 'কেলোবিস বেসিন ' কৌই। ক্রেটব অসিগী অকোযবসি কিলোমিটব ১৪৮১ বোমনী। অকোযবসি চীংজাউনা ইকোয কোযশীল্লী।"

-"যাম্না নুংঙাইজবে শজীক থাবা। ঐনা খঙনীংবা কযা নঙনা তাকপীরে।"

-"হেন্না খঙনীংবা লৈববসু হাযযু থবাতোন।"

-"ঐদি খঙবগী অপেনবা নাইদে। নঙনা লীবিবা ৱাবীশিংদু ইমিৎনা উনীংবগী ৱানী।"

-"যাম্না উহনীংই। নঙনা চৎপা ঙম্লোই, নুমিৎকা হেক থংনবা গ্রহনী। যাম্না শাই ঐনা হাযখিবদুনী। নুংথিলদা যাম্না শাই, অহিংদা যাম্না ইংই। মতম অমদা ইংথবক্রবা মতমদা হাযবক্কে।"

-"কবস্বা মতমদা?"

- "চহী বিলিযন খবগী তুংদা। ঐ চৎলে থবাতোন। চহী বিলিযন খবগী তুংদা অমূক উন্নসি।"

মতৌ অসুন্না গ্রহগী মতাংদা অহানবা ওইনা মাবকবিগী মবমদা থবাতোন খঙবা যাবা অহানবগী লৌশিং খবা ফংলে। মথংদা মহাক্না থাদা হংজে ঃ

- "থা থা, মাবকবি চৎখ্রে। লাক্লিঙৈ অসিদা ঐনা খঙবা যাবা খঙনীংই উন্ননীংবা কযা উন্ননিংই, ব্রী শান্ননীংই।

থানা খুল্লকই ঃ

- "ফরে অদুদি থবাতোন, মাবকবিগী হেক মথংদা নুমিৎতা খ্বাইদগী নকপা গ্রহ অসি ভেনস কৌই। মহাক কৌশি, মহাক্না ব্রাবী শাউ। নমিৎ উইশিল্লু পূক্নীং অনী লোংদনা ভেনসপু নীংজৌ, মহাক শোযদনা লাক্কনী।"

# মরিশুবা

থবাতোন্না মমিৎ চেজেৎ উইশিল্লী। মখূৎ অনী লোন্নদুনা ভেনসপু নীংজে। ভেনস লাকই, হংই ঃ

- "ঐবু কৌবিবা নঙ কনানো?"

- "ঐহাক থবাতোন্নী, পৃথিবীদগী লাকপনি। নঙগী মবমদা খঙজনীংদুনা ৱাবী খবা শাজগে লাকপনী।"

- "নুংশিদা। পৃথিবীদগী লাক্লিবা ঐগা উন্নগে ৱাবী শাগে হাযদুনা। নখোযগী পৃথিবী অদুদি ঐগা খ্বাইদগী নক্লবা যূমথংনবা যূমলোন্নবা গ্রহনীনে। জগৎনা পৃথিবীগা ঐহাক্কসে ফাইবোক্লী হাযনবিবনী।"

- " কবিগীনো ফাইবোক্লী হাযবিবদি?"

- "পৃথিবীগা মওং মতৌ, চাউ-শাংবা পাকপা চাউবা ওখাক মান্নবা অদুননী।"

- "পৃথিবীগা কয়াম্না নক্লবগে হাযবিসিবো?"

- " ঐ অসি নুমিৎতগী কিলোমিটব কোটি তবা লাখ হুম্ফুতবা লাপ্লী অদুগা পৃথিবীদগীদি কিলোমিটব কোটি মবি লাখ কুনতমক লাপ্লী। অদুগা ঐহাক অসি সৌবজগৎ অসিদা অহুমশুবা খ্বাইদগী পীকপা গ্রহনি। ঐহাক্কী অকোযবসি কি মি ৭৫১৯ খক্তনি।



ঐ ভেনসনী। নখোযগী ইবাইগুক, শুক্রচার্য্য হাযবদুনী।

- "অদুদি নহাকসু নুমিৎকী অকোযবদা চৎপ্রা?"

- " চৎলী। ঐহাক্না ইশা ইথন্তা উঙজ-উঙজনা নুমিৎকী অকোযবদা পুংদা কি মি লাখ অমা লীশিং কুনমঙা, চাম্মঙা শুপ্পা মঙা বোম যাঙনা চৎলী। ঐনা

ইথস্তা অমূক উঙজবদা পৃথিবীগী নুমিৎ ২৪৩ চঙই। হাযবদি ঐগী নোংমগী মতম অসি পৃথিবীগী নুমিৎ ২৪৩ নী।

- "ইশ। অদুদি নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওবদা যাম্না কুইনা চঙইনা।"

- "চঙই। নুংথিলগী মতমসু শাংই অহিংগী মতমসু শাংই। অদুগা নঙনা অমূক হেন্না ঙকদবদি ঐগী চহী অমা হাযবসি পৃথিবীগী নুমিৎ মশীংদা পাবদা শুপ্নতগী নুমিৎ ২২৫ খক্তনী।

- "ইশ। চহীনা তেনবা, নোংমগী মতম্না শাংবা।"

- "অচুম্বনি।"

- "নোংমগী মতম লোইদ্রিঙৈদা চহী অমা হৌথিবা হাযবসি ঐদি ভাব তাবা ঙমদে।"

- "কবিমত্তা খল্লুনু। মসি ভেনস কৌবা ঐগী লনাই ৱাবীনী। ঐঙোন্দা খেন্নবা লৈতে। পৃথিবীগী মতমগা পান্নবদা অসুম তৌই হাযবগী ৱানী।"

- "ফবে অদুদি ভেনস, ঐনা নঙোন্দা কবি হাযনা মিঙ্গৌজগনী।"

- "ভেনস অদুম কৌবদা কবিসু কাযদে। অদুবু ঐ অসে পৃথিবীদা নুমিৎ হেক তাখিবগা পৃথিবীদগী যেংবদা অতিযাদা খ্বাইদগী লংবা পোৎশক অমা উগনী। কবিগুস্বদা ঐ অসি অযুক্কী থৱানমিচাক কবিগুস্বদনা নুমিদাংৱাইবমগী থৱানমিচাক কৌই।"

-"অদুদি ভেনস নঙ অসিবু থৱানমিচাকলা?"

-"নত্তে, ঐ গ্রহনী। অদুবু ঐবু উবদা থৱানমিচাক অমুক চাউনা উই হাযদুনা অযুক্কী থৱানমিচাক মের্নিং ষ্টাব নৎত্রগা নুমিদাংৱাইবমগী থৱানমিচাক ইভিনীং ষ্টাব হাযদুনা পৃথিবীদা লৈবা নখোযনা ঐবু কৌবীবগী ৱানী।

- "নঙগী অশাংবা মিংদু কৌবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইজদবা পোকই। অদুনা নঙবু ভেনস হাযদুনা অদুম কৌবগে।"

- "করিসু কাযদে। মদু ঐগী অশেংবা মিংনী পৃথিবীগী মীযাম্না থোনবীবনী। ঐবু শুক্রচার্য্য ইবাইগুরু কৌবসু কাযদে। ভাবতনা থোনবীবা মিংনী।"

- "অদুদি ভেনস নঙগীদি নুংশিৎ লৈজব্রা?"

- "লৈ ঐগী কুংলবা নুংশিৎকী কুযোম লৈজে। ঐগী নুংশিৎ অসিদি

পৃথিবীগী নুংশিৎতগী শরুক চাদা ৯০ হেন্না লূম্মী। কূংলবা নুংশিৎ অসিনা নুংশাগী মৈশাবু ফাজীন্দুনা থম্মী অদুনা ঐহাক্কী লৈমাযগী শাবগী চাং অসি চাউবাক্লা সেলসিযস দিগ্রী ৪৫৬ বোম্নী। ঐহাক অসি সৌবজগৎকী গ্রহ পূন্নমক্তগী খ্বাইদগী শাবা গ্রহনী। ঐগী নুংশিৎ অসি অযাম্বা শরুক্লা কার্বোন-দাই-ওক্সাইদনী। ঐগী ইশা অপূম্বা অসি মতম খূদীং অথাবা লৈচীলনা মবোল মবোল নাইনা কূপশীন্দুনা লৈ। হাযবিবা লৈচীল অসি সলফবিক এসিদ ঙাক্তনী।"

- "নঙোন্দদি কনা অমত্তনা থেংজিল্লদব্রা?"

- "ঐবু মবোল নাইনা কূপ্লিবা কূঙলবা লৈচীল অমদি লৈমাযগী মৈশা অসিদা মেতিযোব নৎত্রগা স্পেসক্রাপ্ট অমত্তা ঐগী ইনাক্তা নক্লা চঙলকপা ঙমদে।"

- "অদুদি, নুংশিৎ লৈবনীনা নুংশিৎ শীৎপ্রা?"

- "শীৎলী। ঐগী মথক থংবা নুংশিৎকী শরুক্তা নুংশিৎ কন্না কন্না শিৎলী। পূংদা কিলোমিটব ৩৫৯ ফাওবা যাংবা নুংশিৎ শীৎলী।"

- "অদুদি ইবাইগুরু। ঐখোযনা পৃথিবীদগী উবদদি নহাক অসি পিশক পীক্লা উবনা নহাক্কী অশেংবা শক্তম খঙজদে। পীক্লবা অঙাং ঐঙোন্দা ঐনা খঙজবা যাবা খবা তাকপীযু ঐগী জ্ঞান লৌশিং ওইজনবা।"

- "নুংশিদা থবাতোন। নঙ অসি তশেংনমক যাম্না শিংবা অঙাংনী। পৃথিবীদা নঙগুম্না শিংবা অঙাং কযাম লৈহৌবি?"

- "ঐদি থোইনা খঙজদে। অশিংবা যাম্না লৈবমগনী, ঐতনী পঙবা। অদুনা খঙনীংদুনা হংজবনী।"

- "ফবে ফবে। ঐগী মবমদা নঙনা খঙবা যাবা খবা হাযগে। ঐগী হকচাংগী পোৎচাক অসি পৃথিবীগী শরুক মঙা থোকপগী মবিখক্তনী। অদুনা পৃথিবীদা কিলোগ্রাম নিফুমঙা লূম্বা পোৎশক অমনা ঐগী লৈমায অসিদা কিলোগ্রাম নিফুখক্তমক লূমগনি। ঐগী হকচাংগী কূংবগী চাং অসি পৃথিবীগীদগী হন্থে। হান্নসু হাযখ্রে। ঐগী লৈমায অসি যাম্না শাই, যাম্না কংই। ঐগী লৈমায অযাম্বা লৈতেম মান্নবা লমদম , অকূৎপা লমদম অমদি অচৌবা চীংগী লমদম কযা শন্দোক্তুনা লৈ। চীংগী শরুক্লা চাদা৩৫ নী। খ্বাইদগী ৱাংবা চীং অসি কিলোমিটব অমা মখায বোম ৱাংই অদুগা কিলোমিটব চানীপাল হুম্ফুতবা বোম শাংই। চীং

অসিবু 'মেক্সৱেল' হাযনা পৃথিবীগী মীযাম্না থোল্লী। ঐনা ঐগী মবমদা খবদং হাযজবা যাবা হাযববু অসিমঙাই থবাতোন। অতৈ কবি খঙনীংবা লৈবি ?"

- "থোইদোকপদি লৈজদ্রে। অদুবু খঙনীংবা অমতংদি লৈবি। ঐদি থাদা ঙাওজৈ অদুনা পৃথিবীদগী থা তান্না লাকলিবনী। নঙগীদি থা লৈজব্রা ?"

- "ঐগীদি থা লৈজদে। ইথন্তনী। অদুবু ঐহাক্কী ইচীল ইনাও গ্রহ্ মযাম লৈবি অদুনা কবিসু ৱাদে। ঐগা খ্বাইদগী নকুবা গ্রহ অনীদি অমনা মাবকবিনী অমনা পৃথিবীনী। ফবে ঐ চৎলগে থবাতোন, কোন্না অমূক উন্নশি।

-"খুকমজবি ইবাইগুরু, শুক্রচার্য্য ইবুংঙো। মযামগীদি ভেনস।"

# মঙাশুবা

অসুম্না থবাতোন্না ভেনসপু খুঊ লৈতানা খুকুমজে। ভেনসনা চৎখ্রবা তুংদা থৱাতোন্না থাদা হংজে ঃ

-"থা থা হৌজিক কনা অমূক কৌবা যাগনী?"

-" নুমিৎতগী লাপ্পদা মথং মনাও নাইনা পাববদি মাবকবি অমসুং ভেনসকী হেক মথংদা পৃথিবী লৈ। অদুবু পৃথিবীগী মবমদদি ঐঙোন্দগী নহাক্না হেন্না খঙফম থোকই।"

-' তশেংবদি ঐদি কবিমত্তা খঙদে।"

-" অদু নঙনা পৃথিবীদা হনখ্রগা পৃথিবীগী মবমদা হেন্না মবীক চুন্না খঙনবা হোৎনবব্না চুমগনী।"

-' অদুদি মথংদি কনা কৌবা তাবে?"

-"পৃথিবীগী হেক মথংদা মার্স হায়বদি মঙ্গল গ্রহ লৈ। মহাকপু কৌসি। নঙনা হান্নগুম্না নমিৎ উইশিন্দুনা মঙ্গল গ্রহবু নীংজৌ।"

থবাতোন্না মমিৎ উইশিন্দুনা খূৎ লোন্নবগা মঙ্গল গ্রহবু নীংজে ঃ

-"লমদম তান্না লৈবীবা হে মার্স কৌবা গ্রহ, নঙবু মঙ্গল গ্রহসু কৌনৈ। অঙাং অপিশক ওইবিবা কবিসু খঙজদ্রবী অঙাং ঐহাক্না পূক্নীং হকচাং যাওনা কৌজবি। নহাক্কী মবমদা খঙজনীংবগী ইখৌ লাংলবী ঐহাকপু থৌজানবীয়ু। ঐহাক্না থাগী লৈবাক অসিদা নহাকপু কৌজবি।"



খুকুমজবি ইবাই গুরু শুক্রচার্য্য, মযামগীনা ভেনস।

ঙৈহাক্তংগী মনুংদা অঙানবা মঙাল অমা ফাওবকই অদুগা মশক্তি উদনা হাযবকই ঃ

- "নপূক্কীং হকচাং যাওনা ঐবু কৌবিবা অঙাং নহাকপু কনানো, কদাযদগী লাকপনো নমিং কবি কৌই ?"

- "ঐহাক পৃথিবীদগী লাকপনি। তাইবঙমীনি। ইমিংনা ইমা ইপানা নুংশিনা থোনবী 'থবাতোন' হাযনা।"

- "নহাক পৃথিবীদগী শোযদনা ওইগনী হাযবদি ঐহাক খঙই। মবমদি ঐখোযগী সৌবজগৎ অসিদা পৃথিবী নত্তনা তাইবঙমী অমত্তা লৈতে। হৌজিক্তি ঐ লাক্লবনীনা নঙনা হাযনীংবা হাযবো থবাতোন।"

- "ঐহাক্লা খঙজনীংবা কযা হংদ্রিঙৈদো নহাক্লা নশাগী মবমদা, পীক্লিবা অঙাং ঐহাক্লা খঙজবা যাবা, খবা হায়বীযূ।"

- "ঐহাক অসি সৌবজগৎ অসিগী নুমিৎলোমদগী মবিশুবা গ্রহনী। মাবকবি, ভেনস, আর্থকী হেক মথংদা মার্স ঐহাক লৈ। নখোযগী পৃথিবীগা হেক থংনবা গ্রহনি ঐহাক। পৃথিবীগী মীযাম্না ঐবু মার্স কৌবী। ভাবত্তা ঐবু মঙ্গল গ্রহ কৌই। পৃথিবীদগী উবদা ঐহাক অসি মচূ ঙাঙনা উই হাযদুনা ঐহাকপু অঙাঙবা গ্রহ হাযবদি বেদ প্লানেত কৌই।"

- "যান্না নুংঙাইজে তাবদা। ঐদি ৱাবী তাবসু যান্না পাম্মী। নহাক নুমিৎতগী কযাম লাপ্না লৈবগে, কযাম্না পাক-চাউবগে খঙজনীংই।"

- "ঐহাক্লা লৈবিবা মফম অসি নুমিৎতগী চাউরাক্লা কিলোমিটর কোটি কুন্নীথোই লাখ মরিফুরোম লাপ্পী। অদুগা নখোয়গী পৃথিবীদগীনা কিলোমিটব কোটি তবেৎ লাখ মবিফুরোম লাপ্পী। ঐহাক্কী পাক-


ঐহাক মার্স হাযবদুনী। ঐহাকপু মঙ্গলগ্রহ কৌবা য়াগনী।

চাউবা অসি কিলোমিটব লিশিং তরুক চাতবেৎ মবিফুতবামবি না কোল্লী।"

- "নহাকসু নুমিৎকী অকোযবদা কোযনা চৎপ্রা?"

- "চৎলী ঐহাক অতৈ গ্রহশুম্না তুম্পক তৃম্বা পোৎশরুী। ঐহাকসু ইতোমতা উঙজ-উঙজনা নুমিৎকী অকোযবদা কোযনা চৎলী। ঐহাক্না অমূক উঙজবদা পূং কুনমবি, মিনিট কুনথ্রামাপল, সেকেণ্ড কুনথ্রামঙা চঙই হাযবদি ঐগী নোংমা হাযবসি পূং ২৪ রোম্নী।। অদুগা নুমিৎকী অকোযবদা অমূক্তং থুংনা চৎপদা পৃথিবীগী নুমিৎ ৬৮৭ চঙই। অদুগা চহী অমা হাযবসিনা পৃথিবী নুমিৎ ৬৮৭ নী। হাযবদি থবাতোন, ঐহাক্না নুমিৎকী অকোযবদা অমুক্তং কোযবিঙেদা নখোযগী পৃথিবীনা নুমিৎতা অনীবক শুনীংচিৎ কোয।"

- "নঙগী লৈমাযসু থাগী অসিগুম্না তৌব্রা?"

- "উম তৌই। ঐগী লৈমায অসি অঙাঙবা উক্ফুলনা কৃপশীল্লী। এষ্টবোইদ কযানা থেংজিল্লবগী অকৃৎপা মফম ক্রেটবসু যাম্না লৈ। ঐহাক্কী খা থংবা শরুক্না অরাংথংবা শরুক্তগী ক্রেটব লৈবা যাম্না হেল্লী। অরাংথংবা শরুক্তদি ক্রেটব খবতমক লৈ। অদুবু লৈমাযগী অযাম্বা শরুক্তি মৈগী চীংদগী কাপথোবকপা লাভানা পীক থন্না লৈ।"

- "নঙগীদা মৈগী চীংসু লৈব্রো?"

- "লৈ। মৈগী চীং পীক থন্না লৈ। ঐগী খ্বাইদগী চাউবা মৈগী চীং 'ওলেম্পস মোন্স' হাযবসি সৌবজগৎকী গ্রহ পূম্নমক্তা লৈবা মৈগী চীং পূম্নমক্তগী খ্বাইদগী চাউবা মৈগী চীংনী।

- "ইশ। খ্বাইদগী চাউবা মৈগী চীং। কযাম চাউই?"

- "ওলেম্পস মোন্স হাযবিবা মৈগী চীং অসি কিলোমিটব কুনতবেৎ লোম ৱাংই।"

- "ঐখোযগী পৃথিবীগী হিমালয অমূক ৱাংব্রা?"

- " হিমালযগী মাউন্ট ইভবেষ্ট চীংদোলগুম্বা শরুক অহুমদগীসু হেন্না ৱাংই।'

- "ইশ। যাম্না চাউবা জাৎনীনা অদুদি, অতৈদি?"

- " ঐগী অতৈ অচৌবা মৈগী চীং কযাসু লৈ। খবদং হাযগে। এসক্রেযস মোন্স, পেভোনীস মোন্স অমদি আবসিযা মোন্স হাযবসি ঐহাক্কী মৈগী চীং

ওলেম্পস মোন্স কী হেক মথংদা অচৌবা মৈগী চীংশিংনী। অতৈ কবি খঙনীংবা লৈবি হাযযু থবাতোন।"

- "নহাক্কী অইং-অশা অমদি ঈশিং-নুংশিৎকী মবমদা খঙনীংই। নুংশিৎসু লৈব্রা ?"

- " ঐহাকপু যান্না পাবা নুংশিৎনা কৃপশীল্লী। মপূং ওইবা নুংশিৎতি কার্বোন দাইওক্সাইদনী। অতৈদি নাইট্রোজেন, আরগোন, কার্বোন মোনোক্সাইদ অমদি ঈশিং মনিলনী।"

- "ঐখোযনা নুংশা শ্বব হোন্নবা ওক্সিজেন হাযবদুদি লৈতব্রা ?"

- "লৈ। অদবু যামদে, খজিক্কং লৈ।"

- "পৃথিবীগী থা অসিগুম্বা নঙগীসু থা লৈব্রা ?"

- "লৈ। ঐগীদি থা অনীদুম লৈ। নঙনা খঙবদা হেন্না নুংঙাইগদবদি ঐগী থা অনীসিগী মমিং অমনা 'ফোবোস' কৌই, অতোপ্পা অমদুনা 'দৈমোস' কৌই। ফোবোসনা দৈমোসতগী চাউবা খবা হেল্লী। মখোয অনীমক্কী লৈমাযসু, নখোযগী থা অসিগুন্না ক্রেতবনা পীক থন্না লৈ।"

- "নঙগী থা অনী লৈজবসি নুংঙাইজবমগনী। ঐখোযগী পৃথিবীগীসু থা অনী লৈবল্লবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা।"

- "অদুদা থবাতোন নখোযগী থাগা ঐগী থাগা মান্নদবা খবা লৈ।"

- "কবিদা মান্নদ্রিবা, কবিদা খেন্নবিবা ?"

- "ফোবোস কৌবা ঐগী থা অসিনা মার্স ঐগী লৈমাযদগী শুপ্নতগী কিলোমিটব লীশিং তরুক লাপ্পা মফমদা ঐঙোন্দা কোযদুনা লৈ। নঙনা অমুক্কা হেন্না ঙক্কদবা অমনা দেবোসনা মার্স ঐগী অকোযবদা অমূক থুংনা চৎপদা পুং কুনথ্রা তমক চঙই। অদুগা দৈমোসনা ঐগী অকোযবদা নোংমগী মনূংদা অহুম্লক কোয়না চৎলী।"

- "হৈমা অদুদি কবিগীনো অদুক য়াঙনা পাইদুনা চৎলিবদি ? ঐখোযগী থাদি পৃথিবীগী অকোযবদা অমুক চৎপদা নুমিৎ ২৩ গা পূং ৮ চঙই হায। অদুনা ঐখোযগী থানা চৎপদু ঐখোযনা খঙবা ঙমদে। ঐদি তশেংনমক ঐখোয়গী থাদা ঙাওজবা মীশক্লী।"

-"নঙনা ঐগী মার্সতা লৈবল্লবসু ঐগী থা অনী অসিদা ঙাওজবা ওইগদ্রা ?"

-"তম্বা ঙমদে। অদুক যাঙনা চৎপা থাগী খোঙচৎ অদু যেংবদা নুংঙাইগদবা মান্দে। ঐখোযগী এবোপ্লেন পাইবদৌনা অদুম য়াঙনা পাইখিগদবা মাল্লী। হোয অদুবু মহৌশাগী ওইনা অদুম উখ্রবদি হৈনখিবসু যাইদা।"

-"নঙ অমুক্তং চৎলগা যেংনীংদ্রো ঐগী থা অনীদো ?"

- "যেংনীংববুদি যেংনীংই, চৎপা যাগদ্রো নঙগী মঙ্গল গ্রহদুবো। যান্না শাব্রা ?"

- " ঐগীদি শাবা নত্তে, যান্না ইংবনী অদুনা জীব লৈবা যাদবনী। নঙসু লৈবা ঙম্লোই। ঐ অসি নুমিৎতগী যান্না লাপ্পা মবন্না যান্না ঈংই। পৃথিবীগুন্না মার্স ঐগীসু নিংথম-কালেন নাই। কালেন থাদা ঐগী অইং-অশাগী চাং অসি উন ফমজীনবগী চাংদগী পঙৱাং ৱাংখৎলক্কে। লৈমায পূম্বা মতম পূন্নমক্তা ফমজীন্দুনা লৈ। নীংথমথাদনা অমুক্তা হেন্না ইংই, হেন্না ফমজীল্লী, ইংবগী চাং চাংচৎতা সেলসিযস ডিগ্রী মাইনস ৬৩ ওই। ঐগী নুংশিৎ অসি কার্বোনদাই ওক্সাইদনা চাদা ৯৫%নী। অদুবু যান্না পাবা মবমনা নুংশাগী মৈশা ফাজীন্দুনা থম্বা ঙমদে। নুংশিৎ অসি কযামুক যান্না পাবগে হাযববু পৃথিবীগী নুংশিৎকী শরুক চাম্মগী মনূংদা অমগুম্বদনী। অৱাং মেরু নোর্থ পোলগী শরুক অসি মতম চুপ্পা ফমজীল্লবা কার্বোনদাইওক্সাইদনা কূপশিন্দুনা লৈ। ঐগী মার্স অসিদা অকনবা নোংলৈ নুংশিৎ শীৎলী। উফুল অমদি লৈঙোই পূবা নোংলৈ নুংশিৎ তোযনা তোযনা শীৎলী।"

- " অদুদি ঐখোযগী পৃথিবীগা যান্না মান্নেনা।"

- "মান্নে, মান্নবা যান্না লৈ। খেন্নবসু যাম্মী।"

- অদুদি পৃথিবীদগী মী লাক্লম্বগী প্রমাণদি ফংব্রা ?"

- "ঐগী মবমদা খঙনীংবা থিজীন্নীংবা মীওই কাংবুনা ঐগী ইনাক্তা স্পেস ক্রাপ্ট কযা থাবকখ্রে। ১৯৬৪ দা ইউনাইটেদ ষ্টেটসকী 'মবিনব ১' ইহান হানবা ওইনা থারক্লুনা ঐগী ইনাক্তা নক্লা পাইখ্রে। মথংদা ১৯৬৯ দা 'মেবিনব ৬' অমদি 'মেবিনব ৭' লাকখ্রে।"

-"নঙগী লৈমাযদদি যৌবকখিদব্রা ?"

-" মেবিনব অসিদি লৈমাযমক্তি যৌববকখিদে। ১৯৭৬ তা 'ভাইকিং ১' অমদি 'ভাইকিং ২' না মার্স ঐগী লৈমাযদা তারদুনা মঙ্গল গ্রহ ঐগী মবমদা থিজিনবা হৌখ্রে। মীদি যাওবকখিদে। ২০০৩ গী জুলাইদা নাসা না থাগৎলকখিবা বোবোত অনী যাওবা 'স্পিবিত' অমসুং 'ওপবচুনিতি' কৌবা বোভবশিং মার্স ঐগী লৈমাযদা জানুৱাবী ২০০৪ দা তাবখি। ইকোন কোনবা স্পেস ক্রাপ্ট 'মার্স বিকোনাইসেন্স ওববিতব' না ২০০৬ না মার্সকী ঐগী অকোযবদা চহী মবি চঙনা কোযদুনা থিজিনবগী থবক হৌখ্রবনী।"

- "মঙ্গল গ্রহ নহাক্কী ৱীবীসিসু যাম্নদি নুংঙাইবি। অদুবু নঙ থেঙখ্রগদ্রা?"

- "থেঙবা ঙনবা ঐঙোন্দা কবিসু লৈতে। ঐগী ইশাদি তাইবঙ মপূগী শিনথা কাযদনা অদুম্মক ইথৌ তৌবি। ঐদি মঙ্গল গ্রহগী আত্মানী।"

- "অদু ওইববদি নঙগী মবমদা খ্বাইদগী নুংঙাইগদবা অমত্তংগা হাযবীযূ।"

- "ঐগী মবমদা নঙনা নুংঙাইগদবদি - ঐগী লৈমাযদা নঙনা, পৃথিবীদা চোংবদগী শরুক অহুম হেন্না চোংবা ঙমগনী।"

- "অদুদি যাম্না নুংঙাইগনী। থাগী লৈমাযদসু অদুম্না তৌই। ঐনা ৱাংনা ৱাংনা চোংই, শান্ন-শান্ননা চোংবসু ঙম্মী। ইশ, ঐ হৌজিকমক মার্স হাযবদি মঙ্গল গ্রহদা চৎতুনা শান্ননীংই।

- "ফবে অদুদি নোংমা অমূক উন্নসি"

- "কবম্বা মতমদা অমূক উন্নগনি?"

- "চহী কোটি কযাগী মতূংদা। চৎলে থবাতোন।"

- "লেঙবীবো মঙ্গল গ্রহ, নচানা খূরুমজবি।"

থবাতোন্না খূউ লৈতানা খুরুমজে। মঙ্গল গ্রহগী মখোল অদুম্মক তাখিদ্রে। মঙ্গল গ্রহগী নুংঙাইগদবা কযাদু থবাতোন্না ৱাখল খল্লী, মমিত্তা উজে। মহাক্না খল্লী ঃ

- 'মঙ্গল গ্রহগী লৈবাক্তা ৱাংনা-ৱাংনা চেন চোংদুনা শান্নবদো কযাগী মতীক নুংঙাইজগবা।"

# তরুকশুবা

থবাতোন্না মক লুকথবদুনা মঙ্গল গ্রহদা চেন-চোংদুনা শান্নবগী ৱাখল খন্দুনা ঙৌহাক লৈবিঙৌদা থানা হংলকই ঃ

- "থবাতোন নঙবু কবি ৱাখল খল্লীবনো ?"

- "থা থা ঐ মঙ্গল গ্রহদা চেন-চোংদুনা শান্নবগী ৱাখল খল্লুবনী।"

- "মঙ্গল গ্রহদা চোংবগা ঐগী লৈমায অসিদা চোংবগা ঐগীসিদনা হেন্না ৱাংনা অমদি শান্না চোংবা ঙমগনি। নঙনা চোংদুনা শান্নবদুদি কাউবববো ?"

-" ঐদি কাউদে থা থা। ঐ হন্না হন্না শান্নখিগনী। অদুগা মথং অসি কনাগা ৱাবী শান্নবা যাগনী।"

- "নুমিৎতগী লাপ্পগী মতূং ইন্না মথং অসি জুপিটব গ্রহনী। নঙনা মহাক্কা ৱাবী শান্ননীংলবদি হান্নগুম্না নমিৎ উইশিন্দুনা নীংজৌ লাকপ্রা যেংশি।"

থবাতোন থানা হাযবিবমখে ইঞ্জে। মহাক্না মমিৎ উইশিন্দুনা মপূক্নীং চঙনা জুপিটব গ্রহবু নীংজৈ। মহাক্না শোল্লী ঃ



হে জুপিটব কৌবা গ্রহও।

- "হে জুপিটব কৌবা গ্রহও। ননাই পৃথিবীদগী লাকচবা থবাতোন কৌবী অঙাং ঐহাক্না নহাক্কী মবমদা খঙনীংবগী ঈখৌ লাংজবা কোক্নবা থাগী লৈবাক অসিদা ঙাইহিবি। নহাক্কী অচীনবা লৈত্রবদি ঙৌহাক্তং লেঙথবীবকউ।"

ইকুই কুইদনা ঈৱায়-ঈনিল ফাওবকই। খোঞ্জেল খবা কল্লপ্পা হাযবকই ঃ

- "নঙনা কৌবা তাবদা ঐহাক লাক্লিবনী। হাযযূ নহাক কনানো, নমিং কবি কৌই ? কবি গ্রহদগী লাকপনো, মফম অসিদা কবি তৌবল্লিবনো ?"

- "খুকুমজবি জুপিটব কৌবা ইবুংঙো। ননাই ঐহাক তাইবঙ মীনী, ইমিংনা থবাতোন কৌই। ঐহাক পৃথিবীদগী লাকপনি।ঐহাক থাবু পামজদুনা থাগী



পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা ঐবু জুপিটব হাযনা থোনবী।
ভাবকী মীযাম্না ঐবু বৃহস্পতি নৎত্রগা শগোলশেন গুরু কৌনৈ।

লৈবাক অসিদা লাকচবনী। মফম অসি যৌববা মতমদা সোলাব সিষ্টেম সৌবজগৎ অসিগী মবমদা খঙজনীংদুনা থানা তাকপীবা মতূং ইন্না ইবুংঙো নহাকপু কৌজবনী। হাযবিযূ, নঙগী মবমদা ঐহাক্না খঙজবা যাবা খবা, ঐগী লৌশিং ওইজনবা।"

- "অদুদি তাবো। ঐহাক অসি নুমিৎতগী মঙা শুবা গ্রহনী। ঐহাক সোলাব সিষ্টেম সৌবজগৎ অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী চাউবা গ্রহনী। ঐগী অকোযবসি কিলোমিটব লাখ অমা লীশিং নিফূনীথোই চাম্মা যাঙ্খেহমদোইনা কোল্লী। ঐনা লৈবিবা মফম অসি নুমিৎতগী কিলোমিটব কোটি হুম্ফুতবাতবেৎ কা লাখ মবিফূবোম লাপ্লী। অদুগা নখোযগী পৃথিবীদগীনা কিলোমিটব কোটি হুম্ফুহুমদোইবোম লাপ্লী।"

- "যাম্না নুংঙাইজৈ। ঐদি অঙাংনী মিঙ্গৌফমসু খঙজদে। অদোমবু ঐহাক্না কবি হাযনা মিঙ্গৌজগদগে হাযবীযূ।"

- "ঐহাক অসি ভেনসকী মথংদা অতিযাদা খ্বাইদগী লংবা গ্রহনী। মমাঙঙৈগী পৃথিবীগী বৈজ্ঞানীকশিংনা বোমশিংগী লাইগী নিংথৌগী মমিং

লৌদুনা ঐহাকপু 'জুপিটব' হাযনা থোনবী। ভাবতকী মীযাম্না ঐবু বৃহস্পতি নৎত্রগা শগোলশেন গুরু হাযনা কৌনৈ। ঐগী ইমিং মযাম অসিদগী নঙনা কৌনীংবা অমা হেক্তো কৌবা যাগনী।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে জুপিটব। নঙসু নুমিৎকী অকোযবদা লৈদুনা চৎপ্রা?"

- "চৎলী। ঐহাক্না ইতোমতা উঙজ না নুমিৎকী অকোযবদসু চৎলী। ঐনা ইতোমতা অমুক্তং উঙজবদা পূং ১০ বোম চঙই। তশেংবদি পূং ৯গা মিনিট ৫৬ চঙই। অদুগা ঐনা নুমিৎকী অকোযবদা অমুক্তং মপূঙ ফানা কোযবদা পৃথিবীগী চহী ১২ চঙই। অদুসু পূংদা কিঃ মিঃ লীশিং নিফুতুক্না চাতবেৎ লোম যাঙনা পাইবদনী।"

- "শগোলশেন গুরু নঙগী নওং-নতৌগী মবমদসু খবা তাকপীযু।"

- "ঐহাক অসি গ্যাসতনা থল্লবা বোল অমগুম মতুম তাবা পোৎশক অমনী। ঐহাক্কী অকনবা লৈমায লৈতে। পূম্নমক গ্যাস ঙাক্তনী। ঐঙোন্দা যাওবিবা গ্যাস অসি হাযদ্রোজেন চাদা ৮৭, হেলিযমনা চাদা ১৪ অদুগা অতৈ গ্যাস কযা মিথেন, এম্মোনিযা অমদি ফোসফিনস খবা খবা যাওই। ঈশিং মনিলসু যাওই। নাইট্রোজেন অমসুং ওক্সিজেনসু খবা খবা অদুম যাওই। অদুনা গ্যাস মযাম অসিনা ঐহাক অসি চাউবিবনী।"

- "কবিগীনো জুপিটব ইবুংঙো নহাক্না অকনবা শরুক অমতা যাওদনা গ্যাস ঙাক্তা ওইবিবদি?"

- "মবম লৈ। ঐহাকতা নৎতে, গ্যাসতনা শেম্বা গ্রহ অসি ঐখোয মবিনী, ঐহাক হাযবদি জুপিটব ঐহাকনে, সের্তননে, যুরেনসনে অমদি নেপচুননে। ঐখোয মবি অসিগী মনূংদা ঐহাক্না খ্বাইদগী চাউই। অদুবু ঐখোয মবি অসি অতৈ গ্রহদগীসুহেন্না চাউই।"

- "অদুদি শগোলশেন গুরু, নহাক অসিবু কযামুক চাউবগে হাযবদগী প্রমাণ অমতং পীবিযু। কিলোমিটব অসুক্না কোল্লী হাযবদুদি ঐদি অপঙবীনী অঙাংনী ভাব তাবা ঙমদে।"

-" সে সে থবাতোন। ঐ কযামুক চাউবগে হাযবদু ঐ তাক্কে। নঙগী পৃথিবী অসি নঙনা খনবদা অদুম চাউইদনা। ঐহাক অসি নখোযগী পৃথিবীগুম্বা শরুক

চহুম চাউই অদুগা অতৈ গ্রহ মযাম অসি পুল্লপ পূনশীল্লগা লূম্বদগী ঐহাক ইথন্তগী লূম্বনা শরুক অনীদগীসু হেন্না লূম্মী। ইচম চম্বা খুদম অমা পীগে, পৃথিবীনা গোল্ফকী বোল অমূক চাউবা মতমদা ঐহাক্না বাসকেৎ বোল অমূক চাউগনী। ভাব তাবব্রা ?"

-"ভাব তাজবে। অদুদি নহাক্তি যাম্না চাউবা জাৎনীদনা। কবিগীনো নহাক্না অদুক চাউবিবদি ?"

-"মসিগী ৱাবীদি যাম্না শাংই। ঙসিদগী চহী বিলিযন মবিবোমগী মমাঙগী সোলব সিষ্টেম সৌব জগৎ অসি শেমখিবা মতমদুগী ৱানী। ঐখোয পূম্নমকসে উফুল ৱাইফুলগী মবীক অমদি গ্যাসকী লৈচীল ওইনা লাকখিবনী। লৈচীল অদুনা অসুম উক-ক উংদুনা লৈখি। মদুদগী চহী কোটি কযাগী মতুংদা মনূং থংবা শরুক অদুনা নুমিৎ ওইখ্রে, অতৈ শরুক অদুনা গ্রহ মযাম ওইখ্রে। অদুগা নুমিৎকী অকোযবদা মাগী মাগী লম্বীদা কোযনা চৎপা হৌবকখি। নুমিৎকা খ্বাইদগী নক্নবা শরুক অদুনা নূং অমদি ধতু যাওবনা অকনবা ওইহৌই। খবা লাপখিবশিং অদুনা গ্যাস ঙাক্তা ওইখি।"

- "অদুদি শগোলশেন গুরু নহাক্তি পৃথিবীগুম্বা অকনবা পোৎশক নত্তেদনা।"

- "তশেংনা নত্তে। অদুবু ঐগী গ্যাসশিং অসি লৈবোল লৈবোল নাই। মনূংথংবা শরুক অদু অসুম ইংথখিদুনা হাযড্রোজেনগী মহী হাযড্রোজেন ওসন ওইবকই। মনূং ইথং থংবা শরুক অদু ফমজীন্দুনা অকনবা পোৎশক ওইবকই। মসি যাম্না পীকপা অকনবা মফম্নী।"

- "কযাম্মুক যাম্না পীকপা অকনবা শরুক্নো ?"

- "পীকই। অদুবু ঐঙোন্দা পীকচবগী ৱানী,তশেংবদি পৃথিবী অমূক চাউবনী।"

-"অদো, জুপিটব, নঙগীদি থা লৈজব্রা ? ঐদি থা যাম্না পামজৈ।"

- "নঙগী পৃথিবীগী থা অমখক্তংদা নহাক্না ঙাওজবিবদো ঐগীদি থা কযা লৈ নঙ খঙনীংব্রা ?"

- "খঙনীংই, অদুনবু হংলিবনী।"

- " ঐগীদি থা হুম্ফুনীথোই লৈ।"

- "থা হুম্ফুনীথোই।"

- "মানী। হুম্ফুনীথোইনী। থা হুম্ফুনীথোইমক্কী মমিং লোযনা লৈ। অদুবু লোযনমক হাযদুনা লৈববদি নঙসু ঐসু থেঙথ্রগনী। ঐগী খ্বাইদগী চাউবা থা মবিখক্কী মমিং হাযগে - মখোয অদুদি, আইযো, গেনিমেদি, ইউবোপা অমদি কেল্লিস্তো নী। মখোয মবিমক অসি পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিক গেলিলিওনা ১৬১০ দা ইহান হান্না খঙখিবনী। মবম অদুনা হাযবিবা ঐহাক্কী থা মবি অসিবু 'গেলিলিওগী থা' অসূন্না কৌনৈ।"

- "থা মবি অসিগী মনূংদা কবম্বনা খ্বাইদগী হেন্না চাউবগে?"

- "গেনিমেদিনা খ্বাইদগী হেন্না চাউই। মহাক্কী অকোযবসি কিলোমিটব ৫২৩২ নী। মসি সোলব সিষ্টেম সৌবজগৎতা লৈবিবা থা পুন্নমক্তগীসু খ্বাইদগী হেন্না চাউবা থানী। মসি উন অমদি নূংতনা শাবা থানী। আইযো, হাযবসি ঐহাক্কী খ্বাইদগী চাউবা অহুমশুবা থানী। মসি সোলব সিষ্টেমদা খ্বাইদগী কন্নবা অহিংবা মৈগী চীংনী। ইউবোপা হাযবসিনা উনতনা কূপর্শীনবা থানী। অদুগা কেল্লিস্তো হাযবিবা থা অসিনা অকূৎপা ক্রেতব তনা মমায পুঙচাম চান্নবা থানী।"

- "জুপিটব নঙগী ৱাবী লোইবববা?"

- "লোইদ্রি, নঙনা তানীংগদবা অঙকপা অমদি ঐহাক লীদ্রি।"

- "কবিনো, যাম্না তানীংলে, লীবো।"

- "নঙনা যাম্না ঙক্কদববদি ঐগী অকোযবদা কূপখ্রবা উযূল মবীক মবীক্লা কোযশীন্দুনা উরু-রু লৈদুনা লৈ। নখোযনা পৃথিবীদগী টেলিস্কোপনা যেংবদা মসিবু খূজী মান্না উগনী। মসি নখোযনা 'জুপিটর্স বিং' হাযনা কৌই। হাযবিবা খূজী অসি শরুক অহুম থোক্লা খাযদোকই। মপূং ওইবা বিং, অবংবা অমদি শিথবা মচু। মযাযথংবা মপূং ওইবা বিং অদু কিঃ মিঃ ৬,৯৬০ বোম পাক চাউই। অবংবা শরুক অদুনা কিঃ মিঃ লীশিং তবামাপল চানিপাল মবিফুহুমদোই বোম থায।"

- "ৱাফম অসিদি ঐঙোন্দা অনৌবনী। তাবদা যাম্না নুংঙাই। মখা অতৈ লৈত্রববা?"

- "লৈবি। ঐহাক্কী ইশা মনূংদা নোংলৈ নুংশিৎ অমা কন্না শীৎলী। মসি পৃথিবীদগী উবদা অঙাংবা মফম অমা ওইনা উগনী। মসি পৃথিবীগী অকন্নবা

নোংলৈ নুংশিংকুম্বনী। ঐগী নোংলৈ নুংশিং অসি পূংদা কিঃ মিঃ ৩৫৮ গী চাংদা শীৎলী। নুংশিং শীৎলিবা মফম অসি কিঃ মিঃ লীশিং তবাহুমদোই চাম্মাপল লোম পাকই, অদুগা কিঃ মিঃ লীশিং কুন্তবেৎ চাম্মাপল লোম শাংই। হায়বিবা মফম অসি ঐঙোন্দদি চহী বিলিয়ন কযাগী মমাঙদগী হৌনা লৈবক্লবসু পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনদি হৌখিবা চহী ৩০০ বোমগী মমাঙদগীদা উবা ফংলকলী। ঐগী অইং-অশাগী চাং সেলসিযস ডিগ্রী ১৫ দগী ২০ নী। মনূংদনা সেলসিযস ডিগ্রী ৩০,০০ নী।"

-"যাম্না নুংঙাইজবে জুপিটব। নঙগী লৈবাক অসি অকনবা নত্তবা গ্যাস ঙাক্তনীনা পৃথিবীদগী মী অমত্তা লাক্লমগনী হাযবা থাজদে।"

- " মদু অচুম্বনী। মফম অসিদা পৃথিবীদগী মী অমত্তা লাকখিদ্রি। অদুবু পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা ঐগী মবমদা খঙনীংবদগী থিজিন্নবা হোৎনবদি লেপত্রি। মখোযনা ১৯৭৩ দা পাইওনিওব ১০, ১৯৭৪ দা পাইওনিওব ১১ , ১৯৭৯ দা ভোযেজব ১ অমসুং ভেযেজব ২ , ১৯৯৫-২০০৩ দা গেলিলিও , ২000-২০০১ দা কাসিনী -হ্যুজেনস থাবক্তুনা জুপিটব ঐহাক্কী মবমদা থিজিন্দুনা খঙনবা হোৎনবা লেপত্রি।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে জুপিটব। নঙগী ৱাবী অসি অতৈদগী তোপ তোপ্পী। নঙগী মবমদা খঙজবা অসি ঐহাক্কী পূক্নীং লৌশিং ওইনজগনী।"

- "ফবে অদুদি থবাতোন ঐ হনখ্রগে।"

- "ফগনী শগোলশেন গুক, নশুনা খুকমজবি।"

থবাতোন্না জুপিটববু খূউ লৈতানা খুকমজে। জুপিটবগী তোপ তোপ্পা শক্তমবু নীংশিংজদুনা হ্বাও-মোমোন নোকচৈ। মথকলোমদা যেংখৎলী, জুপিটবনা চৎখিবদু উব্রা যেংজে। অদুবু উবদি ফংদে। মহাক্না খল্লী ঃ

- "জুপিটবগী শক্তমদু ভাবনা লাকশীনবদি ঙমলে। অদুবু অশেংবা শক্তমদু অমূক্তং উজবা ফংলবদি কযাদা নুংঙাইজগবা।"

# তরেৎশুবা

অঙাং ওইবিবা থবাতোন্না মহাক্না খঙলমদবা কযা খঙলবদা হবাওবা নুংঙাইবা পোকই। মহাক্না হবাওদুনা থাগী লৈমাযদা ৱাংনা ৱাংনা চোংখৎলী। মহাক্না হবাওজবা চোংজবদু উবদা থানা হংই ঃ

-"থবাতোন, কবিগীনো নঙনা ৱাংনা-ৱাংনা চোংখৎলিববো ?"

- "ঙসিদি ঐ যান্না নুংঙাই। পৃথিবীদগী যেংবদা অতিযাদা থোক্লিবা অবংবা পোৎশিং অসিগী মতীক মগুণ, তৌবা ঙম্বা শক্তি কযা অসি খঙবা ঙম্বসি ঐহাক অসি কযাদা লাইবক ফখ্রবনো? মথংদি থা থা নঙনা ঐবু কনাগা উন্নহনগনী, কনাগা ৱাবী শান্নহনগনি ?"

- "মথং অসিদি, মযাম অসিদগী খ্বাইদগী মগুণ লৈবা, শক্তি লৈবা গ্রহ অমা কৌদুনা যেংশি। মহাক্কী মমিং সেতর্ন কৌই। মহাক্তী যান্না শাউগনবনী। ইংনা তপ্না ব্যবহাব তৌনা ৱাবী শান্নগদবনীকো থবাতোন।"

- "যান্না শাথীবা ওইববদি য়ান্না কিজেয়ে। কৌবনুসিবা ?"

- "হুম, কৌদুনা যেংশি। ফব্বদি যান্না ফবনী, মহাক অমূক ফবা লৈতে। মহাক্না শাউববদি যান্না শাথীবনী। শাউদনবা হোৎনগদবনি। নঙনা মহাকপু অমুক্তং নীংজৌ, মহাক্না ৱাবী শান্নবা ফংলবদি নহাক অমূক্না হেন্না নুংঙাইগনী।"

-"ফবে ঐ খুকুমজদুনা কৌজগে, লাইবক যেংগে।"

- "ফবে অদুদি নঙ হান্নগুম্না নমিৎ উইশিন্দুনা সেতর্নবু নীংজৌ থৱাই হকচাং যাওনা।"



হে সের্তন কৌবা ইবুংঙো।

থবাতোন খবদি কিতক তৌই। অদুবু অমবোমদা মহাক মথৌনা লৈবী নুপীমচানী। সেতর্নবু কৌজদুনা ৱাবী-ৱাতায শান্নজগে হাযবা নপূক্নীংদা চপ যুংনা লেপতূনা, মমিৎ উইশিন্দুনা সেতর্নবু নীংবা হৌখ্রে।"

- "হে সেতর্ন কৌবা গ্রহও, ননাই কবিসু খঙজদ্রবী ঐহাক্না নহাকপু ৱাবী শাজনীংদুনা নঙবু উজনীংনা কৌজবি। ননাইনা কৌজবসি তাবিববদি ঐগী ইনাক্তা অমূক্তং লেঙবীবকউ, ননাই তোপ্লবীবু থৌজানবীযু।"

ঙৈহাক্কী মনূংদা যান্না তাপ্লবা, অদুবু লেপ্লবা খোঞ্জেল অমা তাবকই। খোঞ্জেল অদুনা হংলকই ঃ

- "কনানো ঐবু কৌবিবা লাপ্লবা খোঞ্জেল অসিবো ?"

- "ঐহাক থবাতোন্নী। পৃথিবীদা লৈবা তাইবঙ মীনি।"

- "ঐহাক খঙই। নহাক তাইবঙ মী ওইববদি পৃথিবীদগী শোযদনা ওইগনী। মবমদি সৌবজগৎ অসিদা পৃথিবী নত্তনা তাইবঙ মী লৈবা মফম অমত্তা লৈতে। হাযযু নহাক্না কবি মবম লৈদুনা ঐবু কৌবিবনো ?"

- "ননাই ঐহাক হৌজিক পৃথিবীগী থাদা লৈজবি। ঐহাক্না সেতর্ন কৌবা গ্রহ নহাকপু অমুক্তং উন্নদুনা ৱাবী শান্নজনীংই, নহাক্কী মবমদা খঙজনীংই। নহাক থাগী লৈবাক অসিদা অমূক্তা লেংবীবকপা যাগদ্রা ?"



সের্তন কৌবা গ্রহ ঐহাক অতৈ কনা নত্তে, নখোযনা লুনা থল্লীবা লাই 'শনি' হাযবদুনী।

-"নুংশিদা থবাতোন। নঙনা ঐবু খঙদদুনা কৌবিবনী। ঐদি নঙগী ননাক্তা লাকপা যাবা নত্তে।"

- "করিগীনো। অতৈ গ্রহ মযামদি ঐনা কৌজবদা লোযনা লাকপী। ইবুংঙো নহাক্না ঐগী ইনাক অসিদা লাকপা যাদে হাযবিবসিবু করি কবম্বা মবম লৈবগে তাকপীযু।"

- "সেতর্ন কৌবা গ্রহ ঐহাকসে অতৈ কনা নত্তে। নখোযনা যাম্না লুনা খল্লীবা লাই 'শনি' হাযবদুনী।"

- "ইবুংঙো ননাই খঙজকদ্রে, ৱাবৌবীগনু। শনিদেবদি ঐখোযনা পুজা কৎচবিবা দেবতানী। ঐখোয ইমানা ইবুংঙো নহাকপু যাম্না নীংজৈ। থাংজ নুমিৎতা শনিপুজা কৎচৈ। ঐহাকসু খুরুমজৈ। ঙসিদি ননাইনা অমুক্তা খুরুমজগে ঙৈহাক্তা লেঙবীবকপা যাদ্রববা?"

-"নঙনা ঐবু খুরুম্বা ঐ লোইনা উই, তাইবঙনা ঐবু নীংজবা পুজা তৌজবা ঐ লোইনা খঙই। অদুবু ঐনা নখোযগী ননাক্তা লাকপা যাদবগী মবম লৈ।"

- "কবি মবমনো তাকপীযু।"

- "কবিগুম্বা ঐগী ইমিৎ অসিনা নখোযদা যেংলুববদি নখোয তুমগনি।"

- "ইশ। অদুননিদনা ঐখোয ইমানা শনিদা খুরুম্বদা যেংবীবক্কনু হাযদুনা খুরুম্মু হাযবিবদি।"

- "অচুম্বনী। অদুমক হাযবা যাই। ঐ ৱাবী অমসু লীগে।"

- "লীবিযু ঐদি বাবী তাবা যাম্না পামজৈ।"

- "অদুঙৈ মহাদেব অমদি দুর্গানা মখোযগী মচা গনেশ পোকপা মতমদা মহাদেবনা মচা মশক ফজবা অমা পোক্লে হাযদুনা দেবী দেবতা মযাম কৌদুনা যেংহনখি। মহাদেবনা ঐঙোন্দা মচা গনেশ অসি অমূক্তা যেংঙু হাযবদা ঐনা যেংখিদে। মহাক্না অমূক্তা যেংঙু হাযদুনা তকশীল্লক্লবদা ঐনা হেক যেংলুবে। অদুদগীদি গনেশকী মকোক অদু তুমখ্রে। শ্রীহরিনা খূদক্তা শামুগী মকোক পানশিনবীখিবনী। অদুননি ঐনা নঙগী ননাক্তা লাকপা যাদে হাযবিবসি। অদুবু ঐ নঙগা ৱাবী অদুম্মক শাশি। নঙনা হাযনীংবা কবিনো চিংনদনা হাযযূ।"

- "হে শনিদেব ইবুংঙো, নঙগী নফমদগী মমল যাম্লবা ৱাবী অসি তাজবদা ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজৈ। ঐনা খঙনীংবদি হে প্রভু, নহাক অসি গ্রহ অমনীসু হায, শনি দেবনিসু হায, নহাক অসি কবিনো, কবি পোৎশক্লো, কবিনা শাবনো হাযবদুগী শল্লপ্পা ৱাবী অমতং তাজনীংই।"

- "চুম্মী থবাতোন, ঐহাক সৌবজগৎ অসিগী নুমিৎতগী তক্কশুবা গ্রহনী। জুপিটব হাযবদি বৃহস্পতি নৎত্রগা শগোলশেন গুরু হাযনা তোঙান-তোঙানবা

মিংনা খঙনবা গ্রহ অদুগী হেক মথংদা ঐহাক অসি খ্বাইদগী চাউবা গ্রহনী। ঐগী পাকচাউবসি কিঃ মিঃ লাখ অমা লীশিং কুন চাম্মঙা কুনথ্রতকক লোম্লানা কোল্লী।"

- "হে সেতর্ন ইবুংঙো, নহাক্কী নখোল অসি যাম্না লাপ্পা তায। নঙনা লৈবিবা মফম অসিবু কয়াম্না লাপ্পগে?"

- "ঐ অসি নুমিৎতগী কিঃ মিঃ কোটি ১৪২ লাখ ৫৭ বোম লাপ্পী অদুগা নখোযগী পৃথিবীদগীনা কিঃ মিঃ কোটি ১২৭ লাখ ৫০ বোম লাপ্পী। "

- "ইশ। অদুদি যাম্না লাপ্পা জাৎনীনা?"

- "উম যাম্না লাপ্পী।"

- "অদুদি শনিদেব ইবুংঙো, নহাক্কী নুমিৎকী অকোযবদা চৎপ্রা নৎত্রগা লেঙদনা অদুম লৈব্রা?"

- "ঐহাক গ্রহ অতৈগুম্না নুমিৎকী অকোযবদা চৎলী। ঐহাক ইশা ইতোমতা লৈজ-লৈজনা নুমিৎকী অকোযবদা ঐগী লম্বী নাইনা চৎলক্লি অদুম্মক চৎখিগনী। ঐহাক ইতোমতা লৈজবদা পূং ১০ মিঃ ৩৯ চঙই। অদুগা নুমিৎকী অকোযবদা অমূক চৎপদা পৃথিবীগী নুমিৎ ১০,৭৫৯ চঙই। হাযবদি পৃথিবীগী চহী ২৯ লোম চঙই। অদুগা নঙনা খঙনীংগদবা অমনা ঐনা নুমিৎকী অকোযবদা চৎলিবা খোঙচৎ অসি পূংদা কি ঃ মিঃ ৩৪,৬১১ লোম যাঙনা চৎলী।"

- "ইশ। যাম্না যাঙনা চৎলী। ব্রাদবা?"

- "ব্রাদে। ব্রায হাযদুনা পোখাবা যাদে। তাইবঙ মপূগী যাথংনী।"

- "শনিপ্রভু নহাক্না অসুম্না চৎলক্রিবসি কযাম্না কুইবে?"

- "চহী বিলিযন মবিরোম শুরে। সৌবজগৎ হাযবদি সোলব সিষ্টেম শেমখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা ঐহাকসু পোক্লকখিবনী।"

- "ইস যাম্না কুইবেনা। অসুম্না কযাম কুইনা নুমিৎকী অকোযবদা লৈদুনা লৈগদৌবিবনো?"

- "অহৌবা লৈববদি অবোইবা শোযদনা লৈফম থোকই। অদুবু ঐখোয় পুন্নমক্কী ইপা ইবুংঙো নুমিৎ হাযবদি সুর্যদেবনা অসুম ঙাল্লিবা মখে, মহাক্কী শক্তিনা লোইদ্রিমখে ঐহাকসু গ্রহ অতৈগুম্না অসুম লৈদুনা লৈখিগনী। শম্না হাযববদা ঙসিদগী চহী বিলিযন মবি-মঙাবোমদি অসুম্মক লৈখিগনী থল্লী।"

- "অদুবু শনিদেব। নহাক অসি কবিনো হাযবদি খঙজরে। নহাক গ্রহ অমনী। অদুবু নহাক অসি কবি কবি পোৎচাক্লা শেম্বনো, শাবনো হাযবদু তাকপীযূ।"

- "ঐহাক অসি গ্যাস ঙাক্তনা শেম্বা গ্রহনী। ঐহাক্কী শরুক অযাম্বদি হাযড্রোজেন অমদি হেলিযম ঙাক্তনী। ঐঙোন্দা ফমজীল্লবা এমোনিযাগী উন, মিথেনগী উন অমদি ঈশিংগী উন, মযাম যাওবি। ঐহাক্কী খ্বাইগী মনূংথংবা শরুক অসি যোৎ অমদি নূং-নূংজাও ঙাক্তনা শেম্বনী। মনূং ইথং থংবা শরুক অসিবু এমোনিযা, মিথেন অমদি ঈশিংনা যোমশীল্লী। মপান থংবা শরুক অসিনা হাযড্রোজেন মহী অমদিহেলিযমনা কোযশীল্লী। ঐগী অইং-অশাগী চাং সেলসিযস দিগ্রী - ১৩৯ নী।"

- "অদুগা শনিদেব নহাক অসি অচৌবা গ্রহনি হাযবিবে। অকোযবগী কিঃ মিঃসু তাকপীবে। পৃথিবীগা যেংনবদা নহাক অসি কযাম চাউবগে তাকপীযু।"

- "ঐহাক পৃথিবীগুম্বা শরুক মবিফুতবামঙা চাউই।"

- "ইস যাম্না চাউইকো। অদো শনিদেব নঙগী থাদি লৈজব্রা?"

"লৈজে। ঐগী থা কযা লৈবমগনী নঙ খঙব্রা?"

- "খঙজদে, কযানো তাকপীযু।"

- "ঐগী থা ৬০ হুম্ফু লৈ।"

- "হুম্ফু। ইশ। অদুক যাম্বা থা অদুদি কবম হাযনা তৌই?"

- "মখোয হুম্ফুদুনা মাগী মাগী তোঙান ত্রেঙানবা লম্বেলদা ঐগী অকোযবদা লৈদুনা লৈবিবনি।"

- "ইশ। ঐদি শনিদেব নঙগী থা মযামদু অমুক্তা উজনীংখ্রেদা।"

- "অদুবু থবাতোন, নঙদি মফম অসিদা লাকপা যাবা নত্তে। ঐগী ইতীক ইঙান অসিদা নহাক চঙবা যাবোই, ঙমসু ঙম্লোই। নঙনা হযেং নঙগী পৃথিবীদা হল্লবা মতমদা পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা পুথোকলিবা টেলেস্কোপকী মতেঙনা ঐ অমদি ঐগী থাশিংবু উবা ফংগনী।"

- "অচুম্ববা, তশেংনা উবা ফংগদ্রা?"

- "ফংগনী। অদুবু লাপ্পা মবম্না য়াম্না পীক্লা উবা ফংগনী। ১৬১০ দা গেলিলিওনা মহাক্কী টেলেস্কোপতা ঐবু ইহান হান্না উখিবনী। ঐগী খ্বাইদগী

চাউবা থা 'টাইটান' হাযবসি খৃষ্টিযান হ্যুজেন্না ১৬৫৫ দা ইহান হান্না উখিবনী। ঐগী থা আইপেটস, বিযা, দাইওন অমদি মিমাস, মখোয মবিসি ১৬৭১ অমসুং ১৬৮৪ দা বৈজ্ঞানিক জিন দোমিনিক কাসিনীনা ইহান হান্না উখিবনী। টাইটান অসি সোলাব সিষ্টেমদা লৈবিবা থা মযাম অসিগী মনূংদা অনীশুবা খ্বাইদগী চাউবা থানী। মহাক অসি কিঃ মিঃ ৫১২০না কোল্লী। থাববা নাইট্রোজেন নুংশিৎকী কুযোম্না মথক্তা কিঃ মিঃ ৫৯২ফাওবা কুপশীল্লী। ঐগী থা অযাম্বদি ক্রেটব যান্না লৈ। মিমাস কৌবা থা অসিগী শরুক অহুম থোকপগী অমদি ত্রেটবনা মমায চাম্মী।"

-"ঐদি থাদা ঙাওজবনী। শনিদেবগী থা হুম্ফু লৈ তাবদা ঐহাক নুংঙাইজে। উবা ফংদ্রবসু অদুম অপেনবা পোকচৈ। মখা তাবা কবি তাকপীবা যাবগে তাকপীযূ।"

-'নঙনা হেন্না নুংঙাইগদবদি ঐগী অকোযবদা উংদুনা লৈবিবা পোৎশকশিং অসিনী। পৃথিবীদগী উবা মতমদা মসি খূদোপ খূজীদৌনা কোবোক কোযনা উব, ফংগনী। মসিবু পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা 'সেতর্নস বিং' হাযনা কৌবী। ঐগী বিং অসিসু গেলিলিওনা ১৬১০ দা ইহান- হান্না খঙখিবনী। বিং শিং অসি উন অমদি নূং কোটি কোটিনা বিং মচা মচা লীশিং কযা থোক্লা শেম্বনী। মখোযনা সেতর্ন ঐঙোন্দা তোঙান তোঙানবা চাংগী খোঙচৎতা কোযদুনা লৈ। বিংশিং অসি পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা এ বি সি দি ই এফ জি হাযদুনা খাযদোকই। বিং সি বি অমসুং এ তনা কিঃ মিঃ লাখ অহুম লীশিং মবিফুতবাতবেৎ লোম পাক্লা লৈ।"

-" নঙগী ৰাবী অসি তাবদা যান্না নুংঙাইজে প্রভু।"

-"হৌজিক্তি নঙনা খঙবা যাবা ঐগী ৰাবী লোইবে। নহাকসু পোখাবো, কবিগুম্বা মতমদা অমূক উন্নবসি।"

- "অদুবু শনিদেব ইবুংঙো। ননইনা খঙনীংবা অমখক্তং হংজখিগে। ৰাবৌবীগনু।"

-"কবিনো হংঙু। নঙনা হংনীংবা হংবদা ঐনা কবিগী ৰাবৌগদগে। হংঙু কবি ৰাৎলী?"

-"নহাক্লদি নঙবু গ্রহনী হাযবিবি। অদুবু তাইবঙমী ঐখোযনা পৃথিবীদদি নঙবু লাইনী হাযদুনা পুজা তৌজে, মসিদংগা তাকপীবম্মু।'

-"মীওইবগী মফমদা মখোযদগী শক্তি হেনবা পূন্নমক লাই ওইনা লৌই। ঐহাক্কী তোপ তোপ্পা শক্তি, গুণ, তৌবা ঙম্বা কযা অসিনা তাইবঙনা ঐবু লাইনী হাযনবনি। অদুগীসু মথক্তা ঐগী ইশেক ইঙাল অসিনা পৃথিবী কৌবা গ্রহদা চৈথেঙ পীবা ঙম্মী, অদুননি পৃথিবীদা লৈবা মীওইবনা ঐবু লাইনি হাযনবিবা। অদুগা থবাতোন লাই মযাম্নসু ঐগী ইগুণ অমদি শক্তি খঙবা মবম্না লাই মযামগী মবক্তা চলহল্লী। মখোযনা ঐবু শনিদেব হাযদুনা কৌনবিবদুনী।"

-"যাম্না নুংঙাইজবে শনিদেব। ননাইনা খঙজনীংবা অমতংগা লৈজবি।"

-"কবিনো হাযযূ থবাতোন।"

-"থাদা অমদি গ্রহশিংদা পৃথিবীদগী মীওইবনা হেক হেক লাকই হাযনা তাজে। সেতর্ন হাযবদি শনিদেবগী মফমদা কনাগুম্বা লাকখিববা?"

-"পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা সেতর্ন গ্রহ ঐহাক্কী মবমদা থিজিন্নবা কন্না হোৎনবি। মখোযনা মী যাওদবা পাইওনিযব ১১ কৌবা স্পেস ক্রাপ্ট ১৯৭৯ দা থাগৎলকতুনা ঐগী ইনাক্তা নক্লা লাকখি। ১৯৮০ দা ভোযেজব ১ অদুগা ১৯৮১ দাভোযেজব ২ লাকখি। নাসা অমদি ইউবোপিযান স্পেস এজেন্সি অনীগী অপূনবা থৌবাং অমদা ১৯৯৭ তা কাসিনী/হ্যজেন হাযনা কৌবা স্পেস ক্রাফট থাগৎলকখি। ২০০৪ দগী হৌনা কাসিনীনা সেতর্ন ঐগী অকোযবদা চহী মবি কোযদুনা থিজিন্নবা থৌবাং হৌখ্রে। মসি মঙায ঐনা খঙজবদা।"

-" যাম্না নুংঙাইজবে শনিদেব, হে সেতর্ন কৌবা নতীক নগুণ লৈববা ইবুংঙো। ইবুংঙোগী মবমদা ননাইনা খঙজবা যাবা খবা খঙজবে। ননাইনা খুরুমজবি।"

-"কুইনা পুন্সিযূ, নুংঙাই যাইফব্বী ওইযূ।"

# নিপালশুবা

থবাতোন্না থাগী লৈমায পক্লা শনিদেববু খুকমজে। নীংশিংজে মমানা থাংজ নুমিৎতা শনিদেববু পুজা তৌজবা কযাদু। মহাক্লা থাদা হংজেঃ

- "থা থা, মথংদা কবম্বা গ্রহ লৈবি?"

- "লৈবি। মথংদি ইউবেনস নী। শনিগী হেক মথংদা লৈবা গ্রহনী। মহাকপু কৌজৌ ৱাবী শাবা যাৱা যেংশী।"

থবাতোন্না হান্নগুম্না ইউবেনসপু কৌজে। অবাপ্পা মফমদগী ইউবেনসনা খোঙ্জেল পীক্লা তাম্না হাযবকই ঃ

- "অবাপ্পা মফমদগী ঐবু কৌবিবা নঙবু কনানো? কবি মবমগীদমক ঐবু কৌবনো হাযযু।"

- "ননাই ঐহাক্লা ইবুংঙো নহাকপু কৌজবনী। ঐহাক পৃথিবীদগী লাকপনি। হৌজিক থাগী লৈবাক্তা লৈজবি। ঐহাক্কী ইমিং থবাতোন কৌজে। ঐহাক্লা ইবুংঙোগী মবমদা খঙজনীংদুনা ইবুংঙোগা ৱাবী ঙৈহাক শাজগে নীংদুনা কৌজবনী।"

- "পৃথিবীদগী থবাতোন। ফবে থবাতোন। ঐ লাক্লে। হাযযূ নঙনা কবি হাযনীংবা?"

- "ঐহাক্লা থাগী মফমদগী নহাকপু গ্রহ অমনী হাযবা খঙজবে। ঐহাক্লা নহাক্কী মবমদা খবদং খঙজনীংই। অঙাং ওইবিবা ঐহাক্লা খঙজবা যাবা খবদং তাকপীযূ।"



ঐগী মিং ইউবেনস কৌই। ঐগীসু বিং তৱামাথোই লৈ।

-"ঐগী মিং ইউবেনস কৌই। নঙ হান্না খঙলেদনা।"

- "অহোয খঙজবে। নহাক্কী মবমদা পীক্লিবা ঐহাক্লা খঙজবা যাবা খবা পুক্কীং লৌশিং ওইনবা তাকপীয়ু।"

- "অদুদি তাবো ঐ হাযবগে। ঐহাক অসি নুমিৎতগী তবেৎশুবা গ্রহনী। মাবকবি ভেনস আর্থ মার্স জুপিটব সেতর্নগী হেক মথংদা ইউবেনস ঐহাক লৈবনী। ঐহাকসু গ্রহ অতৈগুন্না নুমিৎকী অকোযবদা ঐগী লম্বেল অমা নাইনা কোযনা চৎতুনা চহী বিলিযন কযা অসি লৈবক্লিবনী। ঐগী পাক চাউবসি কিঃ মিঃ লীশিং যাঙ্খেমাথোই চাম্মা তবানিপাল লোম্না কোল্লী। ঐহাক ইতোমতা অমূক লৈজবদা পুং ১৭ মিঃ ১৪ বোম চঙই। অদুগা ঐনা নুমিৎকী অকোযবদা অমূক কোযবদা পৃথিবীগী চহী ৮৪ বোম চঙই। শন্না হাযববদা ঐগী চহী অমনা পৃথিবীগী চহী ৮৪ বোমগা মান্নে। ভাব তাববা থবাতোন?"

- "অহোয, যাম্না নুংঙাইজে। মখা তাকপীয়ু।"

- "ঐহাক অসি চহী বিলিযন কযা অসি সোলব সিষ্টেম সৌবজগৎ অসিগী ইমূং ওইনা লৈবক্লবসু পৃথিবীদা লৈবা তাইবঙ মীওইবনা ঐবু কযা খঙবীবমদে। ১৭৮১ দা বৈজ্ঞানিক সাব রিলিযম হর্সচেলনা মহাক্কী টেলিস্কোপকী মতেঙনা ঐবু ইহান হান্না উখি অমদি মীযামদা শক্তাকখি। মদুদগীতা ঐবু পৃথিবীনা শকখঙনবীবা হৌবকখিবনী।"

- " নহাক্লা লৈবিবা মফম অসি যাম্না লাপ্পী হাযনা হাযবিবি। কযামুক যাম্না লাপ্পগে ঐনা নঙগী ননাক্তা লাকচবা ঙম্মোইদ্রা। ঐহাক্লা হৌজিক লৈবিবসি থাগী লৈবাক্তনী। থাগী লৈমাযদা চেন-চোংদুনা শান্নজবা যাম্না নুংঙাই। নঙগীদসু শান্নজনীংই।"

- "থবাতোন। ঐনা লৈবিবা মফম অসি নুমিৎতগী কিঃ মিঃ কোটি ২৮৭ লোম লাপ্পী, অদুগা মখোযগী পৃথিবীদগী কিঃ মিঃ কোটি২৭০ লোম লাপ্পী। ঐ অসি জুপিটব অমসুং সেতর্নগুম্না গ্যাস ঙাক্তনা শাবনী। অকনবা লৈমায অমত্তা লৈতে। নঙনা চেন-চোংদুনা শান্নবা যাবা মফম অমত্তা লৈতে। ঐগী মনূংথংবা শরুক অসি অকম্বা নূংগুম্বা পোৎশক্লা শাবনী।"

- "নঙগী নুংশিৎতি লৈব্রা? কযাম্না ইংই নৎত্রগা কযাম্না শাবগে?"

- "ঐগী নুংশিৎ লৈ। হাযদ্রোজেন্না চাদা মবিফুহুমদোই মিথেন্না চাদা অনী অদুগা হেলিয়ম্না চাদা মঙা নী। ঐঙোন্দা হায়দ্রোকার্বোন, এমোনিযা অমদি ঈশিং চাং যামফাৎতনা যাওবি। ঐগী মপালথংবা ঈমায অসিগী অঙৈং-অশাগী চাং অসি সেলসিযস দিগ্রী -২১৩ বোমনী।

- "নঙগী থাদি লৈব্রা?"

- "ঐগী থা কুনতবেৎ লৈ। মসি জুপিটব অমদি সেতর্নগী থা মশীংগা যেংনব্নববদি যামদ্রবনী। থা অসি যামনবনা লোইনমক্কী মমিং হাযদুনা লৈববদি শাংমনখ্রগনী। নঙনা লোইনমক্কী মমিং চিনফা পুবসু ঙম্লোই। নঙনা নুংঙাযগদবা অমদি ঐগী থা অযাম্বগী মমিংসি গ্রীক অমসুং বোমগী লাইশিংগী মমিং থোল্লী। খবনা সেক্সপিযাবগী ড্রামাদা যাওবিবা মীশক খবগী মমিং থোল্লী।"

- "নহাক্লা মখোযগী মমিং থোনবীববা?"

-"ঐনা থোনবা নত্তে, নখোযগী পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা থোনবীবা মিং ঙাক্তনী। খবনা ক্যুপিদ, মিবান্দা অসিনচিংবা, খবনা কোবদেলিযা, ওফেলিযা, দেসদেমোনা, জুলিযেট অমদি পোবসিযা অসিনচিংবনি।"

- "খ্বাইদগী চাউবা নঙগী থা খবগী মমিং হাযবীযূ।"

- "ওবেবোন, টাইটানিযা উমব্রিযেল, এবিযেল অমসুং মিবান্দা - মখোয মঙাসি ঐহাক্কী থা ২৭ কী মনূংদা খ্বাইদগী চাউবনী। ওবেবোন অমদি টাইটানিযা না খ্বাইদগী চাউই, মিবান্দানা মখোয মঙাগী মনূংদা খ্বাইদগী পীকই। ১৭৮৭ তা উইলিযম হাবসচেলনা ওবেবোনগা টাইটানিযাগা থেংনখিবনী। জুলিযেট, পূক, কোবদেলিযা, ওফেলিযা, বিযানকা, দেসদেমোনা, পোবসিযা, বোজালিন্দ, ক্রেসিদা অমসুং বেলিন্দানা ১৯৮৬ তা ভোযেজব ২ না থেংনখিবনী। নঙনা খঙজীনবদা কান্নগদবদি ঐগী থা অযাম্বা ঈশিংগী উন তংখায অমা নূং তংখায অমনা শেম্বা ঙাক্তনী।"

- "নঙগী থা মযামসি ঐহাক্লা পৃথিবীদগী উবা ফংগদ্রা?"

- "মিৎনদি উবা ফংলোই। ঐগী থাদি লাযবদনা ইউবেনস ঐহাক ফাওবা মিৎনা উবা ফংলোই। শক্তি লৈবা টেলেস্কোপকী মতেঙনা উবা ফংগনী। মবমদি ঐনা লৈবিবা মফম অসি নখোযগী পৃথিবীদগী যাম্না লাপ্পী।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে। ঐহাক্না খঙজবা যাবা পূক্নীং লৌশিং ওইবা যাবা অতৈ কবি লৈবিবগে তাকপীযু।"

- "জুপিটব, সেতর্নগী মতৌগুম্না ঐগীসু বিং হাযবদি খূদোপ নৎত্রগা খূজীগুম্বা অকোযবা পোৎশকশিংনা ঐবু কোযশিন্দুনা লৈ। ঐগী বিং তবামাথোই লৈ। মখোযবু আলফা বিতা গমা হাযনা থোল্লী। বিশিং অসি নূং অমসুং উফূল ঙাক্তনী। মখোয অসিসু বৈজ্ঞানিকশিংনা ১৯৭৭ তদমক খঙখিবনী।"

-"নঙগী ননাক্তা তাইবঙ মী লাক্লম্লববা?"

- "লাক্লমদ্রি, ১৯৮৬ তা ভোযেজব ২ থাগৎলক্তুনা ঐগী মবমদা থিজিনবা হৌখ্রে। ঐগী বিং খবগী মমিং ১৯৮৬ইউ ২ আব,৬, ৫, ৪ অসুম্না থোল্লম্মী।

- "যাম্না নুংঙাইজবে। ইউবেনস ইবুংঙো নঙগী মবমদা অঙাং নাউরা ঐহাক্না খঙজবা যাবা খঙজবে। ননাইনা খকুমজবি।"

- "ফবে থবাতোন, ঐ চৎলগে। মথং উন্নবা মতমদা ঐনা নঙোন্দা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা রাবী কযা লীবীগনী।"

-"থাগৎচবী, ইবুংঙো।"

থবাতোন্না থাগী লৈমায শোক্না ইউবেনসপূ খুকুমজজৈ।

# মাপলশুবা

থবাতোন্না থা থাদা হ্বাও-মোমোন নোক্লা হাযজে ঃ

- "থা থা নঙগী ননাক্তা লাকপসিদা নঙগী মবমদতা নত্তনা গ্রহ মযাম অসিগী মবমদা যান্না খঙজবে। অদো, গ্রহ অতে লৈবিব্রা, লোইদ্রিববা ?"

- "লোইদ্রি লৈবি। মথং অসিদি নেপচুন গ্রহ নী। নঙনা মহাকপু উন্নদুনা ৱাবী শান্ননীংলবদি মহাকপু কৌজৌ, লাকপ্রা যেংশি। যান্নদি লাপ্পনী অদুবু নঙনা কৌজবা তাববদি শোযদনা লাকপীগনী খল্লী।"

- " হে লমদম তান্না লৈবীববা নেপচুন কৌবা গ্রহ ও। পৃথিবীদা পোকচবা অঙাং ওইবিবা ঐহাক্লা নফমদা লাপ্পা খুকমজবি। ননাইনা কৌজবা অসি তাবীববদি অমুক্তা থাগী লৈবাক্তা লেঙথবীবকউ। ননাই অমুক্তা খুকমজগে।"

- "কনানো অবাপ্পা মফমদগী ঐবু কৌবিবা। লাপমনখিবনা ঐহাক শেংনা তাবা ঙমদ্রে, ঐবু কৌবিবা কনানো ?"

-"ননাই ঐহাক পৃথিবীদগী থবাতোন্নী। ইবুংঙো নহাকপু অমুক্তং খুকমজগে অমুক্তা লেঙথবীবকউ ঐখোযগী থাগী লৈবাক্তা।"



ঐগী ইমিং নেপচুন কৌই। ঐহাক নুমিৎতগী নিপানশুবা গ্রহনী।

-"নুংশিদা পৃথিবীদগী তাইবঙ মী নঙদি থাগী লৈবাক অসিদা কবি তৌবল্লিবা?"

-"ননাই ঐহাক, পৃথিবীগী নোংথক্তো লৈবিবা নুমিৎ থা থরানমিচাক অমদি গ্রহ মযাম অসিদা ঙাওজবা অমনী। নহাক্কী মবমদসু খঙজনীংই। ঐহাক্না খঙজবা যাবা খবা তাকপীযু, ননাইগী পুক্নীং লৌশিং ওইনজগে।"

- "অদুদি তাবো থবাতোন, ঐগী ইমিং নেপচুন কৌই। ইমিং অসিসু পৃথিবীগী বৈজ্ঞানিকশিংনা থোনবীবা মিংনী। ঐহাকসু সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেম অসিগী ইমুং মনূংনী। ঐহাক নুমিৎতগী নিপানশুবা গ্রহনী। ঐহাক নুমিৎতগী কিঃ মিঃ কোটি ৪৪৯ লোম লাপ্পী। ঐগী অবাপ্পগী চাং অসি খবা খবা খেন্নে। মসিদগী হেন্না নকশিনবসু যাওই, লাপথোকপসু যাওই। ঐহাক্না হাযবিবা অবাপ্পা অসি চাংচৎতনী। অদুগা ঐহাক পৃথিবীদগী কিঃ মিঃ কোটি ৪৩২ বোম লাপ্পী।"

- "যাম্না নুংঙাইজে। অদুগা নেপচুন, নহাক অসি কবি পোৎশক্না শাবনো, কযাম্না চাউবগে হাযবদু তাকপীযূ।"

- "ঐহাক ঐগী ইচীল-ইনাওশিং জুপিটব সেতর্ন, ইউবেনস কুম্না গ্যাস না শাবনী। ঐগী ইশাগী খ্বাইদগী মনুংথংবা শরুক অসিনা নূং নূংজাও ঙাক্তনী। মসিবু গ্যাসনা পুমকুপ কূপশীল্লি। ঐহাক অসি হাযড্রোজেন চাদা হুম্ফুতবামবি, হেলিযম চাদা কুনমঙা অদুগা মিথেন চাদা অমনা শাবনী। মিথেন যাওবা মবমনা নখোযনা পৃথিবীদগী উবা মতমদা ঐহাক অসি শংবানবা ওইনা উগনী।"

- "নঙগী নুংশিৎ শীৎপ্রা?"

-"উম নুংশিৎ শীৎলি।সোলাব সিষ্টেম অসিদা লৈবিবা গ্রহ পুন্নমক্কী মনূংদা ঐহাক্না খ্বাইদগী নুংশিৎ শীৎপা গ্রহনী। পূংদা কিঃ মিঃ ২৪০০ গী চাংদা নুংশিৎ শীৎলী। চুম্না নুংশিৎ শীৎপতা নত্তনা নোংলৈ নুংশিৎসু শীৎলী।"

-"নেপচুন ইবুংঙো, নঙনা হাযদবা অমা লৈবি। নহাকসু নুমিৎকী অকোযবদা চৎপা নৎত্রা?"

- "উম চৎলী। ঐনা ইতোমতসু উঙনা উঙনা নুমিৎকী অকোযবদসু কোযনা চৎলিবনী। ঐনা ইতোমতা অমূক উঙজবদা পুং তবাতরুক মিনিট তবেৎলোম চঙই। অদুগা পৃথিবীগী অকোযবদা অমূক্তং কোযবদা পৃথিবীগী নুমিৎ ৬০,২২৫ হাযবদিপৃথিবীগী চহী ১৬৫ চঙই। খূদম ওইনা হাযববদা ঐগী নোংমা হাযবসি

পুং তবাতক্ক মিনিট তবেৎনা শাই। ঐগী চহী অমনা পৃথিবীগী চহী ১৬৫ না শাই"

- "নঙ অসি যাম্না শাব্রা যাম্না ইংব্রা ?"

- "ঐহাক্কী ইশা অসি যাম্না ইংই। চাংচৎতা সেলসিযস দিগ্রী মাইনস চনী তবামঙা বোন্নী। নঙনা খঙনীংগদবা অমনা ঐগী থা তবাহুমদোই লৈ। মখোযনা ঐগী অকোযবদা লৈনা লৈনা চৎলী।"

- "ইশ। থা তবাহুমদোই যাম্না যাম্মিকো। পৃথিবীগীদি শুপ্নগী থা অমখক্তনী। নঙগী থাগী মবমদসু খবা হাযবীযূ, ঐদি থা হাযবসে যাম্না নুংশিজে, যাম্না পামজৈ।"

- "ঐগী খ্বাইদগী চাউবা থা অসি 'ত্রাইটোন' কৌই। চাউবাক্না কিঃ মিঃ ২৬৮৯ লোম্না কোল্লী। মসি সোলব সিষ্টেম অসিগী মনূংদা খ্বাইদগী ইংবা পোৎশক্নি। মসিগী লৈমাযগী অইং-অশাগী চাং অসি সেলসিযস দিগ্রী মাইনস চনী হুম্ফুতবা লোমনী। অদুগা থা অতৈগা মান্নদবা মওংদা ত্রাইটোন হাযবিবা থা অসি মতোমতা, ঐঙোন্দগী ওন্ন-তৈননা উঙই। অদুগা নুংঙাইবা অমনা ত্রাইতোনগী উনগী মৈগী চীং লৈ। মৈগী চীং অসিদগী মহী লাঙবা নাইট্রোজেন, মিথেন অমদি উফুল কাপথোবকই, লৈমায যৌবগা ফমজীল্লি।"

-"অদো, নেপচুন ইবুংঙো, তাকপা যাবা তাকপীবে। অদুবু ঐনা হংজনীংবা অমদি ইকাও কাউবে।"

- " কবিনো হাযযু।"

- "নহাক অসি নুমিৎতগী নিপালশুবা গ্রহনী হাযবীবে। নহাক্কী পাক-চাউবদি হাযবিদ্রি।"

- "ঐহাক্কী পাকচাউবা অসি কিঃ মিঃ ৪৯,২৪০ বোমনা কোল্লী। ঐহাক অসি সোলাব সিষ্টেম সৌবজগৎ অসিদা খ্বাইদগী চাউবা মবিশুবা গ্রহনী। অদুগা নঙনা হংদ্রবসু নঙনা খঙনীংগদবা অমদি হাযহৌগে, ঐগী বিং তরুক লৈ। মসি নাসাগী ভোযেজব টু না ঐগী অকোযবদা থিজিল্লবা মতুংদা ১৯৮৯ দা খঙখিবনী। ঐগী বিংশিং অসি নূং অমদি উফূল মবীক্না শাবনী। খ্বাইদগী মপাল থংবা বিং অসিগী মমিং 'অদামস বিং' কৌই। মসিগী শরুক অহুম থোকই। মখোয় অহুমগী মমিংদি লিববতি, ইকেলিটি অমসুং ফ্রেতবনিতি হাযবদি নীংতম্বা, মান্নবা অমদি

ইচীল-ইনাও ওইবা হাযনা থোল্লী। অদামস বিং অসি ইউবেনস ঐঙোন্দগী কিঃ মিঃ ৬২,৬৩৩ বোম থাপ্পা লৈ।"

- "ইশ। মদুগী পাউ অদুনা অমূক্কা হেন্না নুংঙাইজে। অতে নুংঙাইবা ৱাবী লৈবীদ্রববা?"

- "থোইনা লৈত্রে। পাউ লৈববা মতমদা অমূক উন্নশি।"

- "ননাই ঐহাক খুকমজবি।"

- "নুংঙাইনা পাল্লু থবাতোন।"

থবাতোন্না থাগী লৈমায শোক্কা খুকমজে। মথংদা মহাক্কা থাদা হংজেঃ

- "থা থা মথং কনা কৌগনী? মাপলশুবা গ্রহ অমা লৈবিব্রা?"

- "থবাতোন ঐ কবি হাযনা খুমগদবনো খঙদে। ঐখোয পূন্নমক চহী কযা চুপ্পা ঐখোযগী সৌবজগৎ অসিগী ইমূং মনূংগী ইচীল-ইনাওনী হাযনা খঞ্জবম্বা অদুবু বৈজ্ঞানিক খবনা ঐখোয ইমূংগী ইচীল ইনাও নত্তে হাযদুনা তাঙ্খোকখ্রবা অমা লৈবি। মহাক কৌদুনা যেংঙু। মহাক্তি যাম্না ৱাবৌবমগনী। লাকপ্রা যেংসি।"

- "মহাক্কী মমিংদি কবি কৌই?"

- " প্লুটো কৌই। মতম খবদি মহাক অসি গ্রহশিংগী মাপলশুবা গ্রহনী লৌনবম্বনী। ঙসিদি মযাম্না তাঙ্খোকপিববনী।"

- "ঐ কৌদুনা যেংগে, লাকপ্রা যেংশি।"

অসি হাযবদুনা থবাতোন্না মমিং উইশিন্দুনা, মখূৎ লোন্নদুনা হাযজেঃ

-" হে প্লুটো কৌবা ইবুংঙো। নহাক্কী মবমদা খঙজনীংদুনা ননাই তোল্লবী অঙাং নাউৱা ওইবিবা ঐহাক্না কৌজবিবসি তাবীযু। ননাইনা কৌজবসি তাবীববদি ননাইগী নাক্তা লাকপীযু ননাইনা খঙনীংবা ৱাহং খবদং হংজনীংই।"

- "নহাকপু কনানো, কবম্বা গ্রহদগীনো মযেক শেংনা অমূক্তা হাযবকউ।"

- "ঐহাক্কী মিং থবাতোন কৌই। পৃথিবী কৌবা গ্রহদগীনি। হৌজিক্না পৃথিবীগী থাদা ঔহাক লাকচবনী।"

- "নুংশিদা থবাতোন, লাপ্পবা পৃথিবীগী থাদগী ঐবু কৌবকপা ঐ তশেংনা ওঙ্খোক্না লাক্কীংখ্রেদা। অদুবুনে, থবাতোন, সৌবজগৎ সোলব সিষ্টেম অসিগী



গ্রহ অমনী হায়না লৌশিনবীবন্নগা হৌজিক্তি ঐবু অমূক ইগ্বোকপিরে। অদুনা ঐ নঙগী ননাক্তা লাকপদা ইকায়বা পোকচৈ। নঙনা ঐগী মবমদা খঙনীংবা পূন্নমক লাপ্না হংলকউ, ঐনা খঙজবা পূম্বা নঙোন্দা লোইনা হাযগনী, কবিমত্তা চিংনগনু থবাতোন।"

- "ঐদি ৱাবী তাবা যান্না পামজে। প্লুটো কৌবা নহাক্কী ৱাবী লীবিযু।"

ঐহাক প্লুটো নী, ঐহাক মচীন মনাওশিংনা ইগ্বোকপিববনী।

- "ঐগী ৱাবী তাবগা নহাকসু কপকনী। মবমদি ঐহাক অসি মচীন মনাও মযামনা ইগ্বোকপিববা অমনী। ঐহাক্কী মিং প্লুটো হাযনা থোনবী। ঐহাক নুমিৎতগী কিলোমিটব কোটি ৫৯১ বোম লাপ্না লৈবা মফম অমদা লৈবনী। ইশাগী পাকচাউবা কিঃ মিঃ ২৩৯০ না কোল্লী। ঐহাক নখোযগী পৃথিবীদগী কিঃ মিঃ কোটি ৫৬৮ লোম লাপ্লী। ঐহাক্না ইতোমতা অমুক্তা লৈজবদা নুমিৎ তরুকনী, পুং মাপল, মিনিট তবানীপান লোম চঙই। হাযবদি ঐগী নোংমগী মতম অসি পৃথিবীগী নুমিৎ তরুকনীগা পুং মাপল মিনিট তবানীপান লোন্নী। অদুগা নুমিৎকী অকোযবদা অমূক চৎপদা পৃথিবীগী চহী চনী নিফুতবেৎ কা নুমিৎ চনী যাঙ্খেতরুক লোম চঙগনী হাযনা পৃথিবীগী বৈজ্ঞানীকশিংনা পান্নবীবম্মী। ঐগী অইং অশাগী চাং সেলসিযস দিগ্রী মাইনস চনীতবামঙা নী।"

- "অদুগা নহাক সোলাব সিষ্টেমগী ইমুং নত্তে হাযবিবদি কবিগীনো?"

- "ঐ মদুগী মবম খঙদ্রি। ঐনা খঙলকপদা ঐসি লম্বী অমা নাইনা চৎতুনা লৈবম্মী। ঙসিদগী চহী ৭৫ বোমগী মমাঙদা আমেবিকাগী বৈজ্ঞানিক অমনা ঐবু খঙখিবা মতমদা ঐহাক অসি সৌবজগৎকী ইমুংনী হাযবিবম্মী। বৈজ্ঞনিক অমনা পুথোকপা ওইববসু ঐগী ইমিং'প্লুটো' হাযবসি নঙ অমুক্তা চাউবীবী চহী

তরামাথোই খক্তা ঙায়বিবী স্কুল তন্নিবী নুপীমচা ভেনেসিয়া বর্নী কৌবা অমনা থোনবীখিবনী। মদুদগী ঐবু প্লুটো হায়না খঙনবীবে। ঙসিদি মখোয়না ঐহাক অসি অতোপ্পা কবিগুম্বা থাগুম্বা পোৎশক অমা ওইরমগনী হায়বীরে। ঐগী কন্না লৈজদে হাযদুনা ঐহাক কপ্পুনা লৈজরবনি।"

- "করিমত্তা খল্লুনু নথ্বাই নুংঙাইতবসু তৌগনু অশেংবা অমা অদুম লৈজরমগনীদা।"

-"হোয় অদুবুদি ঐসু খল্লীবনী, মতম্না অদুম অশেংবদু তাকচরক্কনী।"

- " অদুগা প্লুটো ইবুংঙো নঙগী থা লৈব্রা?"

- "লৈ, ঐগা থা অহুম লৈ। অমগী মমিং 'চাবোন'কৌই, অনী অমদি ২০০৫ দা বৈজ্ঞানিকশিংনা থেংনবদা ঙাযবি, মমিং থোনদ্রি।"

- "মখোযনা নঙবু থা অমনি হাযবগা নঙগী থা অহুম লৈবা। থাগীসু থা লৈবা হৌনব্রনো?"

- "মদু ঐ খঙদে। বৈজ্ঞানিকশিংগী মোৎনী।"

- "নঙগী মথংদা গ্রহকা লৈবদি খঙব্রা?"

- " ঐবুনা মাপলশুবা গ্রহ নৎত্রে হাযবগা ঐঙোন্দগী হেন্না লাপ্পা মফম অমদা তবাশুবা গ্রহ অমা বৈজ্ঞানিকশিংনা ২০০৫ দা আমেবিকাগী 'পালোমব ওবজার্বেটবিদগী উবে হাযনবা তায। মদুগী মমিং ২০০৩ ইউ বি ৩১৩ হাযনা থোল্লে হায। অদুবু মযাম্নদি 'জেনা' হাযনা নুংশিনা কৌনৈ হায। মখোযনা থেংনবিবা অনৌবা গ্রহদু ঐঙোন্দগী হেন্না চাউই হায, মহাক্কুগী থা অমসু লৈ হায, মসি মঙায ঐনা খঙজবা হাযববু।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে প্লুটো, ইবুংঙো, খুরুমজবি।"

-"ফবে থবাতোন, কবিগুম্বা প্লুটো ঐহাক্না সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেমগী ইমূং ওইবল্লবদি উন্নখিসি। নৎলমদ্রবদি কাযনবশি।"

# তরাশুবা

সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেমগী মবমদা খবদং ওইববসু খঙবা ঙমজবদা থবাতোন হবাওজে। অসুক চাউখ্রবা সৌবজগৎ অসিগী ৱাংমদসু কবি লৈবমখিগদগে হাযনা মহাক্লা ৱাখল খনবা হৌবকই। মসিগী ৱাংমদা গ্রহ অতৈ অমমুক লৈবমগনী হাযবসু থাজদে। অদুবু মহাক্লা থাগী মফমদা হংজে ঃ

- "থা থা , মথংদা কনাবু কৌগনী, কনাগা ৱাবী শান্নবা যাগনী ?"

- "তশেংনমক হাযববদি সৌবজগৎকী ওইনদি লোইববনি, অতৈ কবিসু লৈত্রে। অদুবু ঐখোযগী সোলাব সিষ্টেম অসিগী ৱাংমদা সোলাব সিষ্টেমগুম্বা লখা-কোটি কযা লৈবি। ঐখোযনা উবিবা লংলবা থৱানমিচাকশিং অসি সোলাব সিষ্টেম অসিগী ৱাংমদা লৈবা পোৎশক ঙাক্তনী।

- "থৱানমিচাক অসিবু কযাম্না যাম্বগে ?"

- "কবম্বা গেলেক্সিগী থৱানমিচাক্কী ৱানো ?"

- "গেলেক্সি হাযবদি কবিনো ?"

- "অদু বুবো, থবানমিচাক অসি অসুক্কী মতীক যাম্মী। মখোয অসিবু কাংলুপ কযা থোক্লা খায়দোকই। কাংলুপ অমমমবু গেলেক্সি হাযনা খঙনৈ। খূদম ওইনা ঐখোযগী সোলাব সিষ্টেম সৌবজগৎ অসি 'মিলকি ৱে" হায়বা গেলেক্সি অসিগী মনূংদা লৈবনী।



গেলেক্সি অমা।

অদুনা নঙনা খঙবা যাবা অমদি ঐখোযগী 'নুমিৎ' অসিসু থৱানমিচাক অমনী "

-"ঐখোযগী নুমিৎ অসিসু থৱানমিচাক অমনী হাযবা ?

- "মানি, ঐখোযগা খ্বাইদগী নক্নবা থৱানমিচাক ওইবদগী খবা চাউনা উবগী ৱানি।"

- "থৱানমিচাক অতৈ মযামসিদি যাম্না লাপ্রা ?"

- "ঐখোযগী খ্বাইদগী নক্নবা থৱানমিচাক 'নুমিৎ' অসি ঐখোযগা কিঃ মিঃ কোটি তবামবি লাখ মবিফু লাপ্পী। নহাক্না পৃথিবীগী জেট প্লেন অমা তোংদুনা পূংদা কিঃ মিঃ ৯৬০ গী চাংদা পাইবদা 'নুমিৎ'কী মনাক যৌবদা চহী ১৭ হেন্না চঙগনী। অদু ওইববদি অতৈ থৱানমিচাকশিং অসি কযাম্না লাপ্পগে হাযবদু খল্লো।"

- "ইশ। যাম্না লাপ্লমগনীবো।"

- "নুমিৎ নৎতবা ঐখোযগা খ্বাইদগী নক্নবা থৱানমিচাক অসি 'আলফা সেনচৌবী' হাযবসিনী। হাযবিবা জেট প্লেন অসিনা আলফা সেনচৌবীগী মনাক যৌবদা চহী লাখ নিফু লোম চঙগনী। মার্স মঙ্গল গ্রহ যৌবদা চহী নিপানগা থা



মিলকী ৱে গেলেক্সি।

তবা চঙগনী। প্লুটো য়ৌবগা চহী ৬৯০ গা বোম চঙগনী। অদুগা ঐখোয়গী 'মিলকি ৱে' গী মযায চবুক যৌবগা চহী বীলিযন নিফুনিথোই বোম চঙগনী। ”

- “অদু ওইববদি ঐখোয়গী অতিযা অসিদি যাম্না চাউবা জাৎনীনা।”

- “পূম্নমক অসি পূল্লগা ইউনিভর্স জগৎ হাযনা কৌই। ঐখোযন উবিবা অসিদি হাযবিবা জগৎ অসি শরুক মচেৎ অমখক্তনী, অযাম্বা শরুক্তি ঐখোযনা উবা ফংবা নৎতে। বৈজ্ঞানিকশিংনা টেলিস্কোপ কী মতেঙনা উবা ফংলিবা অসি গেলেক্সি বিলিযন ১৪০ বোম খক্তনী। মসিদা থৱানমিচাক কোটি-কোটি কযা লৈবি।”

- “থা থা ঐনা যাম্না ঙকপা অমদি লৈযে।”

- “কবিনো হাযযু, ঐদি জগৎ অসি শেম্বদা অদুম্মক যাওবক্রবনি, নঙনা খঙনীংবা 'পূম্বা হংঙু।”

- “অসূক লাপথ্রবা গ্রহ অমদি থৱানমিচাকশিং অসিগী অবাপ্পা অসিবু কমদৌনা ওল্লিবনো ?”

- “নখোযগী পৃথিবীদা পোকলিবা মীওইবা হাযবসি জগৎ অসিগী মনূংদা খ্বাইদগী অথোইবা অহেনবনী। মীওইবগী মবক্তসু বৈজ্ঞানিকশিংনা মখোযগী থিজিন-হুমজিনবগী জ্ঞান্না পূম্নমক অসিগী অবাপ্পা, অকুম্বা, পাকচাউবা ওনবা ঙল্লিবনি। মসিগীসু মথক্তা মখোযদা যাওবিবা পোৎচাক, মখোযগী খোঙচৎ অমদি মখোযগী তৌবা ঙম্বা শক্তি পূম্নমক খঙবা ঙল্লিবনী।”

- “যাম্না নুংঙাইজে থা থা, ঐনা খঙজবা যাবা ৱাবী অদুম লীবীযূ।”

- “চাউখ্রবা জগৎ অসিগী মফম অমদগী মফম অমগী অবাপ্পা অসি মাইল নৎত্রগা কিলোমিটবগী মহুত্তা 'লাইট ইযাব'না ওল্লী। খ্বাইদগী যাঙনা চৎপসি মঙালনী। মঙাল লাইটনা সেকেণ্ড অমগী মনুংদা কিঃ মিঃ লাখ অনী লীশিং মবিফু তবাতৱেৎকা চাতরুক চৎলী। মঙাল অসিনা সেকেণ্ড অমগী মনুংদা পৃথিবী অসি তবেৎলক কোযবা ঙম্মী, থা ঐঙোন্দগী পৃথিবী যৌবদা সেকেণ্ড অমা খজিক্তং হেন্না চঙই, অদুগা নুমিৎতগী পৃথিবী যৌবদা মিনিট নিপান মখায রোম চঙই। অসুম্না মঙাল লাইটনা চহী অমগী মনূংদা চৎপা অবাপ্পা অদুবু 'লাইট ইয়াব' হায়বদি মঙালনা চহী অমদা চৎপা অবাপ্পা কৌই। অবাপ-অবাপ্পা থৱানমিচাকশিংগী অমদি গেলেক্সিশিংগী অবাপ্পাবু লাইট ইযাবদা ওল্লী।”

- "ঐনা ভাব তাননবা খূদম অমতং পীবিয়ু থা থা।"

- "খূদম ওইনা ঐখোযগা খ্বাইদগী নক্লবা থৱানমিচাক আলফা সেনচৌবীগী অবাপ্পা অসি লাইট ইযাব ৪ ২ নী। হাযবদি আলফা সেনচৌবিগী মঙালনা পৃথিবী যৌবকপদা চহী ৪ ২ চঙই হাযবনী। মিলকি রে গী মযায চবূক্কী অবাপ্পা লাইট ইযাব ৩৮,০০০ নী। ঐখোযগী মিলকি ৱেগা হেক থংনবা গেলেক্সি এন্দ্রোমেদাগী অবাপ্পা লাইট ইযাব লাখ ২২ নী।"



এন্দ্রোমেদা গেলেক্সি।

- "তশেংনা যাম্না লাপ্পা জাৎনীকো।"

- " উম লাপ্পী, সিদগীসু হেন্না লাপ্পা গেলেক্সি যাম্না লৈবি।"

- "অদো থা থা "

- "কবিনো হাযযূ। নঙনা খঙনীংবা অপাম্বা কবি লৈবি?"

- "ঐদি গ্রহ মযামগা ৱাবী শান্নবদো যাম্না নুংঙাই, মখোযগী মবমদসু যাম্না খঙবা ঙম্মী। যাম্না লাপ্পবসু থৱানমিচাক অমতংগা ৱাবী শান্নবা যাগদ্রা?"

- "অমত্তগা নৎতে, অনীগা শাউ, অহুমগা শাবসু যাগনী। অহানবদা ঐখোযগা খ্বাইদগী নক্লবা থৱানমিচাক আলফা সেনচৌবিগা ৱাবী শাবা যাগনী। নঙ অমুক্তা কৌদুনা যেংঙুদনা।"

থবাতোন, গ্রহ মযামগা ৱাবী শান্নববা মতূংদা থৱানমিচাকশিংসু ৱাবী শান্নবা যাগনী খনবদা নুংঙাইবা পোকই। মহাক্না পিশক পীক্না উবিবা থৱানমিচাকশিং অসিগী মবমদা যান্না খঙনীংই। মহাক্না হান্নগুম মমিৎ উইশিন্দুনা মখূৎ লোন্নদুনা খুকমজবকই:

- "হে লমদম তান্না লৈবিবা আলফা সেনচৌবি কৌবা থৱানমিচাকও। ননাই পীক্লিবা নাউৱা ঐহাক্না ইবুংঙো নঙগা ৱাবী শাজনীংই, নহাক্কী মবমদা খঙজনীংই। ঐহাক্না কৌজবিবসে তাবীববদি ঐগী ইনাক্তা ঙৈহাক্তা লাকপীয়ূ।"

- "কনানো তান্নবা খোঞ্জেল অমা মযেক্তি শেংফাৎতনা তাবীবসিবো। কনানো খবা লাউনা হাযবকও।"

- "তাবীদ্রববা আলফা সেনচৌবি ইবুংঙো। ননাইনা কৌজবিবসে তাবীববদি ৱাবী অমতং শাজনীংই, ইপূক্লীং-ইবৌশিং ওইজনবা। ঙৈহাক্তং ঐগী ইনাক্তা লেঙথবীবকউ।"

- "ঐবু কৌবিবা নহাকপূ কবম্বা গেলেক্সিগী কবম্বা সিষ্টেমদগীনো?"

- "ঐহাক মিলকি ৱে হাযবা গেলেক্সি দুগী সোলাব সিষ্টেমদগীনী।"

- "ও, মিলকি ৱেগী সোলব সিষ্টেম? অদুদি সোলব সিষ্টেমগী কবম্বা প্লানেটতগীনো?"

- "ঐহাক সোলব সিষ্টেমগী আর্থ পৃথিবী কৌবা গ্রহ অদুদগীনী।"

- "অদুদি নঙ তাইবঙ মী হাযবদু শোযদনা ওইবা তাবে।"

- "অহোয মানি। ঐহাক তাইবঙ মীনি। ইমিংনা থবাতোন কৌই। ঐহাক হৌজিক পৃথিবীগী থাদা লৈ। ৱাবী অমত্তা শাজবা যাগদ্রা?"

- " মিলকি ৱেগী সোলব সিষ্টেম অসি ঐঙোন্দগী যান্না লাপ্পী অদুনা ঐ খূদক্তা হেক লাকপা ঙমদে। ঐনা নখোযগী জেট প্লেন তোংদুনা লাক্লবসু ঙসিদগী চহী লাখ নিফূ হেন্না চঙগনী। ঐনা মঙাল ওইনা লাক্লবা ফাওবদা চহী মবি হেন্না চঙগনী। অদুবু নঙনা থৱাই যাওনা ঐবু নীংজববনিনা, লাকপগী মহুত্তা, লাপ্পা অদুম ৱাবী শান্নবা যাগনী। হাযযূ থবাতোন, ঐঙোন্দা কবি হাযনীংই।"

- "নঙগা ঐখোযগী পৃথিবীগা যান্না লাপনৈ হাযবদি তাবে। অদুবু নঙগী ৱাবী তাজবদা থৱানমিচাকশিংগী মনূংদা নহাক্না খ্বাইদগী নকই হাযদুনা নঙগা ৱাবী শাজনীংবনী।"

- "চুম্মী ঐহাক অসি পৃথিবীগা খ্বাইদগী নক্লবা থৱানমিচাক্লী। অদুবু ঐগা থংনবা প্রোক্সিমা সেনচৌবিসু লাইট ইযাব খবদনী খেন্নবিবা।"

-"হাযবীযূ ঐহাক নঙগী মবমদা যাম্না খঙনীংই। নহাকপূ ঐখোযনা পৃথিবীদগী উবা ফংগদ্রা?"

- "ফংগনী। সেনচৌবস কৌবা থৱানমিচাক মপৈ কন্সটেলেসন অদুগী মনূংদা খ্বাইদগী লংনা উবা থৱানমিচাক অদু ঐহাক্লী।"

- "অতিযাদা থোক্লিবা থৱানমিচাক অসিবু কযাম্না যাম্বগে?"

- "যামদ্রবদা থবানমিচাক ত্রিলিযন কযা কযা ওইগনী।"

- "ত্রিলিযন হাযবসি কযাম্না যাম্বগে?"

- "মিলিযন অমবু মিলিযন অমনা অনীবক পুবিবা।"

- "মিলিযন হাযবনা কযা?"

- "মিলিযন হাযবনা লাখ তবানী।"

- "অদুদি থৱানমিচাক অসি যাম্বা জাৎনিদনা।"

- "যাম্না যাম্মী। অদুবু নখোযনা পৃথিবীদগী উবিবসিদি চাউবাক্লা থবানমিচাক লীশিং মবিবোমদনী। ঐখোযগী গেলেক্সি মিলকি ৱে অসিতদা থবানমিচাক বিলিযন চাম্মদগী হেন্না লৈবিবনি। মসিগী মনূংদা নখোযগী নুমিৎ অসিস্ অমনী।"

- "হাযবদি ঐখোযগী নুমিৎ অসিসু থৱানমিচাক অমবা?"

- "মানি নুমিৎস্ থৱানমিচাক অমনী। মহাক্লা খবা পীকপগী ৱানী।"

" কবিনো মহাক্তি অতৈ থৱানমিচাকশিংদগী চাউনা উবিবসিদি।"

- " ঐনা হান্নসু হাযখ্রে, নুমিৎতি পৃথিবীদগী নকই। অতৈ থৱানমিচাক্তি যাম্না লাপ্পী। নুমিৎকী মঙালনা পৃথিবী যৌবদা মিনিট নিপান লোম চঙই। ঐগী ইঙালনা পৃথিবী যৌবদা চহী মবি চংই। অদুদি ঐ অসি নুমিৎতগী লাপফম থোক্তববা?"

- "চুম্মী, চুম্মী, ঐ কাউকবে।"

- "মিলকি ৱে গুম্বা গেলেক্সি বিলিযন চাম্মবোম লৈ। মখোয অমমদা থৱানমিচাক লাখ-লাখ লৈ। মিলকি ৱে খক্তগী মনূংদা থৱানমিচাক বিলিযন চনীবোম লৈ।"

-"থৱানমিচাক পূন্নমক অসি লোইনমক চপ মান্নবা?"

- "মান্নসু মান্নে, মান্নসু মান্নদে। ঐখোয় পূন্নমক হাযদ্রোজেন অমদি হেলিয়মনা শাবা ঙাক্তনী। নখোযগী নুমিৎসুনী। ঐখোয চাউবসু মান্নদে। নখোয়গী নুমিৎতি থৱানমিচাক মচানী। নুমিৎকুম্বা লখা-কোটি চাউবা থৱানমিচাক য়াম্মী। ঐখোয় শাবগী মৈশাসু মান্নদে। ঐখোয লোযনমক শাই অদুবু খবদি কা হেন্না শাবসু লৈ। শাবগী মতুং ইন্না থৱানমিচাকশিং অসি পৃথিবীদগী উবদা মচু মান্নদে, খবনা শংবান্নে, খবনা ঙাংই, খবনা কোমলা মচু মাল্লী। শাবগী চাং অসি চহীগী মতুংসু ইল্লী।"

- "থৱানমিচাকশিংনা পূন্না-পূন্না লৈবিবা কবিগীনো?"

- " চুম্মী ঐখোয় থৱানমিচাকশিং অসি পূন্না-পূন্না লৈ। কাংলূপ কাংলূপশিংদুবু কন্সটেলেসন অমদি গেলেক্সি হাযনা খঙনৈ। অদুবু থবাতোন নঙনা অমূক হেন্না ঙক্কদবদি ঐখোয থৱানমিচাকশিং অসি পূন্না-পূন্না, কাংলূপ-কাংলূপ লৈববসু ঐখোয অমগা অমগা থাপ্নবসি কিঃ মিঃ লাখ-কোটি থাপ্নবিবনী। খুদম ওইনা ঐখোযগী মিলকি ৱে অসিগী পাক-চাউবসি মতাই অমদগী মতাই অমা ফাওবদা লাইট ইযাব লাখ অমবোম্নী। হাযবদি নাকল অমদা লৈবা থৱানমিচাক্কী মঙালনা মিলকি ৱেগী অতোপ্পা নাকল অমা ফাওবা যৌবদা চহী লাখ অমবোম চঙগনী হাযবনী। নখোযনা পৃথিবীদগী যেংবদা ঐখোয থৱানমিচাকশিং অসি কূংনা লৈবা মাল্লবসু ঐখোয অমগা অমগা যাম্না থাপনৈ। অহাংবা অসি যাম্না পাকচাউই, মসিদি লোইনাই-খন্নাইদবনী। ভাব তাববৰা থবাতোন?"

- "খবা খববুদি তাবে। অদুবু মসিদি লোযনা খঙবদা যাম্না লুবা জাৎনী। মসিদা খবা মুন্না খনজীল্লুববদি ঐগী কোক মচা অসিনা পুবা ঙমদে। ঐ ঙাওদুনা চৎখিগদবা মাল্লী।"

-" মদু হাযহৈদে থবাতোন। খঙনীংলবদি যাম্না হংবা তাবনী। হংখো নঙনা খঙনীংবা কবি লৈবি?"

- "ঐ মখা তানা থোইনা হংলবোই। অদুবু হংনীংবা অমখক্তদি - ঐখোযনা ঙসি উবিবা থৱানমিচাকশিংঅসি নখোযগী অশেংবা মশক্রা?"

-"নঙনা হৎলিবদো হংবা য়াবা ৱাহংনী, মদু খঙবসু য়াম্না তঙায় ফদবনী। মুন্না তাউ থবাতোন - নঙনা ঙসি আলফা সেনচৌবি ঐহাকপু উবিবসি ঙসিমক্কী শকফম নত্তে, মসি ঙসিদগী চহী মরিগী মমাঙগী শকফম্নী। কবিগীনো হায়ববু নঙনা কাউবোইদবদি ঐগী মঙালনা পৃথিবী য়ৌবকপদা চহী মবি চঙই হায়না ঐনা হান্নসু হাযখ্রবদুনী। অসুম হায়না নখোযনা ঙসি উবিবা অবাপ-অবাপ্পদা লৈবিবা থৱানমিচাকশিং অসি ঙসিগী শকফম অমত্তা নত্তে, মসিদি ইতহাস হঙ্গৎনা যেংবগুম্বনী। ঙসি উবিবা শকফম অসি চহী লীশিং, লাখা, কোটি, মিলিযন, বিলিযন, ত্রিলিযন কযাগী মমাঙগী শকফম ঙাক্কনী।"

-"ইশ। ঐদি হেন্না হেন্না ঙক্লক্কদৌরে।"

- "ঙক্কনু, মসি অশেংবনি। নঙনা অমুক্কা হেন্না ঙক্কদবদি ঙসি ঙসিমক নখোযনা পৃথিবীদগী উবিবা থৱানমিচাকশিং অদুগী মবক্তা কয়া অমদি চহী লীশিং, লাখা কোটিগী মমাঙদা শিখ্রবা, মাঙখ্রবা, কাযখ্রবা কযা যাওবিবনী। মখোযনা শিখ্রবা মতুংদসু মখোযগী মঙাল অদুনা পৃথিবী য়ৌবকপদা চঙবা মতম অদু ফাওবা অদুম উদুনা লৈগনী। অবাযবা খূদম অমতং পীগে থবাতোন, ঐনা ঙসিমক শিখ্রে কাযখ্রে হাযনা খল্লসি, অদুবু নখোযনা মথং চহী মরিসু ঐবু অসুম উদুনা লৈগনী। মবমদি ঐগী মঙাল অসি মবক্তা মাঙলোই। হায়বিবা অসি অতৈ থৱানমিচাকশিং অসিগীদমক্তসু অদুম্মক চুম্লবনী। জগৎ অসি অহোংবা নাই। নুমিৎ খূদীং অনৌবা থৱানমিচাক কযা পোকই, কযা শি। খঙলববা থবাতোন।"

-"খঙজবে।"

-"মতাং অসিদা ঐহাক্না নহাকপু যাম্না অহল ওইববা থৱানমিচাক অমগা ৱাবী শান্নহনগে।"

-"মদু ঐগী ইবাইবক ফবনী। ঐ ৱাবী যাম্না শান্ননীংই।"

-"অদুদি শাবো মহাক সিদা লৈবে।"

-"খুকমজবি হে অহল ওইববা থৱানমিচাক। নঙোন্দা ঐহাক কবি হায়না মিঙ্গৌজগদগে?"

-"ঐবু বেদ নৎত্রগা অঙাংবা হাযনা অদুম কৌবা য়াগনী।"

-"কবিগীনো বেদ হায়বদি অঙাংবা কৌবিবদি?"

- "মবমদি ঐহাক অসি মযাম্না 'বেদ জাইন্ত' হায়না কৌবী।"

- "অঙাংবা থরানমিচাক বেদ জাইন্ত অসি নঙ নথন্তবা ?"

- "ইথন্তা নত্তে, অতৈ কযা অমসু লৈবি। অদুবু মশক -মচু মমিং লোযনা তোংঙাল্লী খবনা হ্বাইত দ্বার্ফ অঙৌবা থীকনেম্বা খবনা নুমিৎকুম্বা, খবনা বেদ জাইন্ত। ঐখোয থরানমিচাক হাযবসিমক্তবু অহল ওইব্র-ওইবগা অসুম হোংলকই।"

- "নঙবু চহী কযা শুববগে, কযামুক যাম্না অহল ওইববগে ?"

- "ঐহাক চহী বিলিযন তবা শুরে। খ্বাইদগী অহল ওইববা থরানমিচাকশিংগী মনূংদা ঐহাকসু অমনী। ঐগুম্বা অহল ওইববা থরানমিচাক কযা অমসু লৈবি।"

- "নঙবু বেদ জাইন্ত কৌবিবনা কবিগীনো ? ব্লু জাইন্ত কৌদ্রিবা কবিগীনো ?

- "থরানমিচাক্কীদি মাগী মচুগা মহাক্কী মৈশগী চাংগা মবি লৈনৈ। অঙাংবা থরানমিচাকশিং অসি খ্বাইদগী শাদবা থরানমিচাক্কী। ব্লু শংবান্নবা অমদি ব্লু-হ্বাইট ঙৌকননা শংবা থরানমিচাকশিং অসিদি খ্বাইদগী শাবা কাংলুপকী থরানমিচাক্কী।"

- "নখোয থরানমিচাক অসিবু কবিনা শাবনো ?"

- "ঐখোয অসি হাযড্রোজেন অমদি হেলিযম গ্যাসনা শাবনী। অহানবদা উফূলগী লৈচীন অমদি গ্যাসকী লৈচীলনা লৈ-লৈদুনা লৈবম্মী। মদুগী মতুংদা চহী মিলিযন কযা চঙনা গ্যাসশিংদু অমগা অমগা চিংশিন্নবগী শাফুনা মযায চবুক্তা পূনশীল্লকই, মদুদগী মৈশা থোবকই। মৈশা অসিনা সেলসিযস দিগ্রী লাখ অমা যৌবক্লবা মতমদা হাযড্রোজেনশিংদু শৌজিন্নবা হৌবকখি, মৈশা পীথোবকই, থরানমিচাক অমা ওইবকই। ঐনা চহী বিলিযন তবাবোম লৈবকপা অসিগী মনূংদা থরানমিচাক অনৌবা কযা পোকখ্রে, অহল ওইববা থরানমিচাক কযামা শিখ্রে।"

- "ঐখোযগী নুমিৎ অসিসু থরানমিচাক অমনী হাযববনিনা মহাকসু শিবা নাইগদ্রা ?"

- "নুমিৎ মহাকসু নোংমদি ঐগুম্না বেদ জাইন্ত অমা ওইবক্কনী।"

- "নহাক্লা বেদ জাইন্ত কমদৌনা ওইখ্রিবনো হাযবদু অমূক্তা হাযবীয়ু "

- "ঐ চহী যাম্মে, অহল ওইবে। চহী বিলিযন তবা শুবে। ঙসিদগী চহী বিলিযন খবগী মমাঙদা ঐহাক্কী লৈজবা হাযড্রোজেন পুন্নমক শৌজিন্নদুনা চাকপা লোইখ্রে। ঐগী মনূংথংবা শরুক পুন্নমক কীঙ্খরে, অনৌবা মৈশা পীথোক্তবে। ঐগী নুংশিৎ পুন্নমক পাক চাউথোবক্লে, মদুদগী ঐহাক ইংথবা হৌখ্রে, অদুনা ঐহাক রেদ জাইন্ট অমা ওইবক্লে।"

- "মদুনা লোইবব্রা?"

- "লোইদ্রি, ঐগী মনূংথংবা শরুক অসি কিঙ্খবা পুল্লোই লোইরবা মতমদা ঐহাক 'প্লানেতরি নেবুলা' হাযবদু ওল্লগনী। মথংদা অতে শৌজিন্নদুনা চাকপা য়াবা পোৎচাক কয়াসু লোইখিদুনা ঐগী পোৎচাকশিংগী চিংশিন্নবগী শাফূনা ঐ পিশক পীকশিল্লক্কনী। অদুদগীদি ঐহাক 'হুাইট দ্বার্ফ' থীকনেম্বা অঙৌবা থৱানমিচাক হাযবদু ওল্লগনী।"



অহল ওইববা থৱানমিচাক রেদ জাইন্ট।



হ্বাইট দ্বার্ফ থৱানমিচাক অমা।

- "নুমিৎনা নঙগী ফিভমদু যৌবকপদা মতম কয়াম চঙখিগনী?"

- "চাউবাক্লা চহী বিলিয়ন মঙাবোম চঙখিগনী।"

- "থৱানমিচাক পূন্নমক মতৌ অসুন্না শিগদ্রা?"

- "শিবগী মওং খেন্নে। হ্বাইট দ্বার্ফতগী ব্লেক দ্বার্ফ ওল্লক্কনী। অদুগা শিববা থৱানমিচাক হাযবদু ওইবগনী। অদুবু থৱানমিচাক খবদি বেদ জাইন্ত ওন্দনা মখোযগী হাযড্রোজেন গ্যাস অদুগা অতৈ শৌজিন্নদুনা মৈশা পীথোকপা ঙম্বা মচাক লোইব্বা মতমদা মথন্তা, পোকখাযজবকই। অসিগুম্বা পোকখাযবা অসিবু 'সুপবনোভা' কৌই।

- "সুপবনোভা পোকখাযখিবগী খূদম অমতং পীবীবম্মূ।"

- "চহী লাখ অমা লীশিং হুম্ফুতবারোমগী মমাঙদা যান্না চাউবা সুপবনোভা পোকখাযবগী থৌদোক অমা থোকখি। পোকখাযখিবা অদুগী মঙাল অদু নখোযগী পৃথিবীদা ১৯৮৭ তদমক উবা ফংখি হাযবনী। অদুগা যান্না চাউবা থৱানমিচাক 'এতা কবিনে' কৌবা অমা চহী ১৫০ বোমগী মমাঙদা পোকখাযখি। মহাকসু সুপবনোভা পোকখাযবগা চপ মান্ননা মঙাল থোকখি। অদুন্নদি ওইবগা মহাক অদু অহিংবা থৱানমিচাক অমা ওইনা লৈহৌই। পোকখাযবগী অকায-অতোযশিং অদু ঐখোযগী সোলব সিস্টেমগী পাক চাউববগা চপ মান্নবা মফম ফাওবা শন্দোকখি।"

- "য়ান্না নুংঙাইজবে অহল ওইববা ইবুংঙো খবা কুইনা পুন্সিবীখো।"

- "চহী বিলিযন তবা শুববা ঐনবু কযাম কুইনবু অমুক পুন্সিখিগদগেনে। চহী বিলিযন খবগী মতুংদদি ঐহাক ব্লেক হোল ওইনা লৈখিবসু যাই।"



নেবুলা পোকখায়বা।

-"ব্লেক হোল হায়বদি করিনো?"

-"থৱানমিচাক অচৌবশিংনা মশাগী গ্যাস লোইশ্লবা মতমদা হ্বাইট দ্বার্ফ, সুপব নোভা ওইনা পোকখায়বকই হাযনা ঐনা নঙোন্দা হান্না হায়খ্রেদনা।"

-"হোয হাযখ্রে, মদু ঐহাক খঙজবে।"

-" থৱানমিচাক অদুগী চিংশিনবগী শক্তি হেনগৎলকই। কযা অমুক যান্না হেনগৎলকপগে হাযববু, মদুগী মনাক চংলুবা খূদীং মঙোন্দা চিংশিল্লী, মঙাল ফাওবা লেন্না থাদে।"

-"থৱানমিচাক খূদীংমক্কী পূন্সি অসুন্না ওইবক্কদ্রা?"



ব্লেক হোলগী শক্তম অমা।

-"ওইবা যাই ওইদবা যাই। অদুবু অসিগুম্বা ফিভম অসি নখোযগী নুমিৎকুম্বা অহুমদগী হেনবগী পোৎচাক য়াওবা থৱানমিচাক্কী পুন্সিদি মসি ওইবোই হাযনীংঙাই লৈতে। অদুবু মসি চহী বিলিয়নগী ৱারীনী। অসিগুম্বা ইচম চম্বা ব্লেক হোল অসিবু স্কার্সচাইল্দ ব্লেকহোল কৌই।

-"মদুদগী হেনবসু লৈব্রা?"

- " লৈবি। মিদলরেট ব্রেক হোল হায়বসিনা নুমিৎকুম্বা শরুক চাম্মাদগী লীশিং তবাবোমগী পোৎচাক যাওবা থরানিমিচাক্না ওইবকপা ব্রোক হোলগী মমিংনী। অদুগা নুমিৎকুম্বা শরুক বিলিয়ন কয়াগী পোৎচাক যাওবা থরানমিচাক্না ওইরকপা ব্রেক হোলবুনা সুপব মাসিভ ব্রেক হোল হায়না কৌই। অদুগা থবাতোন, নঙনা খঙবা যাবা অমদি গেলেক্সি পুন্নমক্কী মযায চবুক্তা অসিগুম্বা সুপব মাসিভ ব্রেক হোল অমদি শোযদনা লৈ।"

- "অদুগা খঙনীংবা অমদি জগৎ অসিদা গেলেক্সি অসি কযা যাম্না লৈবগে?"

- "জগৎ অসিদা গেলেক্সি বিলিযন চাম্মগী মথক্তা লৈ হায়না থাজনৈ। গেলেক্সি অমা নৎত্রগা অমদগী হেনবা কাংলুপ অদুবু। 'ক্লাষ্টব' কৌই। ক্লাষ্টব অমদা গেলেক্সি যাংখৈদগী লীশিং অমা ফাওবা লৈ। ক্লষ্টব মযামগী অপুনবা কাংলুপ অদুবু সুপব ক্লষ্টব কৌই। ঐখোযনা লৈবিবা মিলকী রে হায়বাগেলেক্সিবু 'ক্লষ্টব লোকেল গ্রুপ' কৌই। ভিবগো ক্লষ্টব হায়বসিনা জগৎ অসিদা খ্বাইদগী চাউবা ক্লষ্টব নী।"

- "ঐখোযগী সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেম অসিবু অসুম্মক লেঙদনা লৈব্রা?"

- "ঐখোযগী সৌগজগৎ অসিনা চহী কোটি কুনমঙাগী মনূংদা ঐখোযগী গেলেক্সি মিলকী ৱেগী অকোযবদা অমূক কোযনা চৎলী। হায়বদি ঙসি ফাওবা মিলকি ৱেগী অকোযবদা ১৫ দগী ২০ফাওবা চৎখ্রে।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে। অঙাং পিশক ওইবিবা ঐহাকপু জগৎকী মবমদা খঙবা যাবা খঙহনবীরে। জগৎ অসি চাউবমখ্রে, ঐ মখা তানা অমূক হংজবরোই। পীকথ্রবা ঐগী কোক অসিদা অসূক যাম্বা লৌশিং অসি হাপ্পা চনগনী থাজদ্রে, ননাইনা খুকমজবি।"

অসুম্না থবাতোন্না বিগ বেদ অমদি অলফা সেনচৌবিবু খুকমজে। মখোযনা হায়বম্বা মযামদু মহাক্না নীংশিংবা ঙস্রা হায়না যেংজে। তম্খায অমা নীংশিংই, তম্খায অমা কাউই হায়বদুনী। অসুক পাক চাউথ্রবা জগৎ অসিগী ৱাফমবু লোযনা খঙবা, লোযনা নীংশিংবা ওইথোক্তবনী। তৌবতবু মহাক্না খঙবা যাবা নীংশিংবা যাবা মখৈদি মহাক কাউদনবা হোৎনজে। মহাক্না থাদা হায়বকই।

- "থা থা ঐগী ৱাখলনা ঐবু সোলব সিষ্টেম সৌবজগৎকী ৱাংমদা পূদুনা

চৎলুবে। আলফা সেনচৌবি উন্নকবে, মহাক্লা অমূক ঐবু বিগ বেদকা উন্নদুনা ৱাবী কযা শান্নহল্লে। ঐনা হংবা যাবা হংজহৌবে, মখোযনা তাকপীবা যাবা তাকপীবম্মে, ঐ যান্না নুংঙাইবে থা থা।

- "অদু ওইববদি নহাক ঐঙোন্দগী খঙনীংবা কবি লৈবি? নঙনা খঙনীংবা অতৈ লৈববসু হাযযুদনা।"

- "অসুক চাউখ্রবা জগৎ অসিগী মবমদা লোয়না খঙবা হায়বসি ওইথোক্লোই। থোইদোক্লা অঙাং ওইবিবা ঐগী ইফমদদি অতিযাগী পোৎশক পূন্নমক খঙবা হাযবসি যান্না অৱাবগী মশক্লী, মবমদি ঐগী পীকখ্রবা কোক অসিদা পূন্নমক অসি হাঞ্জিনবা ঙমদে, ঙম্ফমসু থোক্তে।"

- "ফবে নঙনা পৃথিবীদা হন্দ্রিঙৈদা ঐনা নঙোন্দা সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেম অসিগী মনূংদা লৈবিবা অতৈ পোৎশক খবা খঙখো।"

- "গ্রহ অমদি মখোযগী থা মযাম অদু নত্তবা অতৈ কবি কবম্বা পোৎশক অমূক লৈবিবগে?"

- "লৈবি। সৌবজগৎ অসিদা অপীকপা পোৎশক কযা অমসু কোযপায পাইদুনা লৈবি। মখোয অদুদি এষ্টবোইদ, মেটিওবোইদ, কোমেত - অসিনচিংবনী।"

- "মখোয অদুগী মবমদা শল্লপ্পা খবা তাকপীযূ।"

- "এষ্টবোইদ হাযবিবসি নূং ঙাক্তা ওইবা অপীকপা গ্রহগুম্বা পোৎশক্লি। মখোয অসি গ্রহ প্লানেতকী মওং মাল্লি হাযদুনা 'মাইনব প্লানেত' অপীকপা গ্রহ হাযনসু খঙনৈ। মখোযসু অতৈ গ্রহগুন্না নুমিৎকী অকোযবদা কোযনা পাইদুনা চৎলী। মার্স অমদি জুপিটব প্লানেতকী মবক্তা এষ্টবোইদ অযাম্বা লৈ। মফম অসিবু 'এষ্টবোইদ বেল্ট' হাযনা খঙনৈ। এষ্টবোইদশিং অসি অপীকপা নূংদগী সৌবজগৎকী থা শিং অমূক চাউবসু যাওই।"

- "এষ্টবোইদকী মবমদা খবা খঙজবে। মেতিওবোইদ হাযবনা কবিনো?"

- "মেতিওবোইদ হাযবসি এষ্টবোইদশিংদগী খবা পীকপা পোৎশক্লি। মখোয অসি এষ্টোবোইদশিংনা অমগা অমগা থেংজিন্নবদগী অকায-অতোই মযাম অদুনী। মখোযদা যাওবিবা পোৎশক লোযনমক মাগ্নে। মেতিওবোইদ অসি নূং

মচাদগী হেন্না পীকপসু লৈ। মখোয়সু নুমিৎকী অকোযবদা কোযদুনা লৈবা পোৎশক্লী। নঙনা খঙনীং গদবা অমসু লৈ।"

- " কবিনো ঐ যান্না তানীংই হাযবো?"

- "নঙ থৱানমিচাক মথী তাবা উবববা?"

- "উৱে। নুমিদাং খুদীং থৱানমিচাক মথী যান্না তাই। ঐখোয ইমানা হাযব্বিা থৱানমিচাক মথী তাবা উববদি ইকাযবা নঙই হায।"

- "মদু পৃথিবীদা থাজনবগী ৱানী। পৃথিবীগী চিংশিনবগী শক্তিনা মেতিওবোইদ তাবকপদা পৃথিবীগী নুংশিৎকী কুযোম যৌবকপদা চাকথেকপগী মঙালনী উবিবদু। মখোয অদুবু 'সুতিং ষ্টাব' কৌই। নখোযনা থৱানমিচাক মথী হাযব্বিদুনী।"

- "এষ্টবোইদ অমদি মেতিওবোইদ হাযবসিবু মশীং কযামুক যান্না লৈবগে খঙজনীংই।"

- "সৌবজগৎ অসিগী মনূংদা চাউবাক্লা এষ্টবোইদ মশীং লীশিং যাঙ্খেবোমগী মথক্তা লৈ হাযনা থাজনৈ। মখোয অযাম্বা এষ্টবোইদ বেল্টতা লৈ। মখোয অসি চাউবাক্লা কিঃ মিঃ কোটি অহুমলোম শন্দোবক্তুনা লৈ। মখোয খবদি মার্সকা পৃথিবীগগী মবক্তসু লৈ।"



এষ্টবোইদময়াম পাইবা।

- "এষ্টরোইদশিংগী থা লৈব্রা খঙজনীংই।"

- " লৈ এষ্টরোইদ খবদি এষ্টরোইদ অতোপ্পগী অকোয়বদা কোযনা চৎলী। কোযনা চৎলিবা এষ্টরোইদ অদুবু এষ্টরোইদ অদুগী থা হায়না খঙনৈ। এষ্টরোইদ খবগী থাদি এষ্টরোইদ মশাদুগা চাউবা মান্নবসু য়াওই। মখোয়দুবু দবল এষ্টরোইদ কৌই।"

- "এষ্টরোইদ অমদি মেতিওরোইদকী মবমদা খঙজরে। কোমেতকী মরমদসু তাকপীয়ূ।"

- "নখোযনা পৃথিবীদগী অতিযাদা মমৈ পানবা থৱানমিচাক উবা ফংই।"



মেটিওরোইদ। থৱানমিচাক মথী তাবা।

- "হোয উবা ফংই। ঐখোয ইমানদি মদু ধুমকেতু কৌই হায। ধুমকেতু থোক্লবদি শা-লাল কল্লী পৃথিবীদা ফত্তবা কযা থোকল্লী হায।"

- " হোয মদু অচুম্বা খবসু অদুম্মক লৈ। নখোযনা ধূমকেতু হাযবিবদুগা কোমেত হাযবিবসিগা পোৎশক অমতনী। ধুমকেতু নৎত্রগা কোমেত হাযবসি ঐখোযগী সৌবজগৎকী মনূং অমসূং মপান্দা সোলব সিষ্টেমগী মনূংদা নুমিৎকী অকোযবদা কোযদুনা চৎলী।"

- "মখোয অদু থৱানমিচাকলা নৎত্রগা অতোপ্পা পোৎশক্লা?"

- "কোমেত হাযবসি থরানমিচাক নত্তে। মখোয অসি উন অমদি উফূলনা শাবা পোৎশক্লী। মখোযগী শাংলবা মমৈ অমা নৎত্রগা কবিগুম্বা মমৈ অনী পানবা য়াওই।"

- "মখোযনা মমৈ পাল্লিবদি কবিগীনো?"

- "কোমেত নৎত্রগা ধুমকেতু অসি অকনবা পোৎশক্লা শাবনী। মখোয অসি কৌমা কৌবা নুংশিৎকী কুযোম অমনা কুপশীল্লি। অকনবা উন অমদি উফূলনা শাবা ন্যুক্লস কৌবা মশা অদু কোমা কৌবা লৈচিল অমদি উফূলগী নুংশিৎকী কুযোম্না কূপশীনবনী। মখোযনা নুমিৎতা নকশিল্লকপা মতমদা কোমা অদু মনিল ওল্লকই। মপং ওইবা মকোক অদুনা নুমিৎনা চিংশিনবদগী যাঙনা পাইবা মতমদা মনিল ওইবা শকক্তু তুংদা ইন্নে। মনিল অদুনা শাংলবা মমৈ অদু ওইবিবনী। মমৈশিংদু কযামূক শাংবগে হাযববু, কবিগুম্বদা কিঃ মিঃ কোতি কযা ফাওবা শাংই।"

- "মখোযনা নুমিৎকী অকোযবদা কোযবদা কযাম কুইনা চঙবগে?"



মমৈ পানবা কোমেত, ধুমকেতু।

- "মখোয়না সোলাব সিষ্টেমগী ৱাংমদা চৎলুবগা অমূক হল্লকপদা চহী লীশিং কয়ামরুম চঙই। অদুবু খবদি অমূক কোযবদা চহী চনীরোমতমক চঙবসু যাওই। হেল্লী কোমেততি নুমিৎতা অমূক কোয়বদা চহী হুম্ফুতবাতরুকতমক

চঙই। অদুনা হেল্লী কোমেত অসি চহী হুম্ফুতরাতক্ক খূদীংগী ঐখোযনা উবা ফংই।"

- "কোমেত হাযবসি মশীং কযামূক লৈবগে?"

- "সৌবজগৎ অসিগী মনূংদা অমদি অকোযবদা কোমেত হাযবদি ধুমকেতু লাখ কযামকুম লৈ।"

- "ইশ, যাম্না যাম্মীকো।"

- "উম যাম্না যাম্মী। কোমেত অযাম্বগী মমিং অসি মখোযবু থেংনখিবা মীশিং হাযবদি বৈজ্ঞানিকশিং অদুগী মমিংদা থোল্লী। খূদম ওইনা 'হেলে-বোপ' হাযবা কোমেত অসি তোঙান তোঙানবা বৈজ্ঞানিক অনীনা ১৯৯৫ দা থেংনখি। বৈজ্ঞানিক অমগী মমিং অলান হেলে কৌই, অতোপ্পা বৈজ্ঞানিক অদুগী মমিংনা থোমস বোপ কৌই। মখোয অনীগী মমিং লৌদুনা কোমেত অদুগী মমিং 'হেলে-বোপ' হাযনা থোল্লী। কোমেত অসি ১৯৯৭ তা টেলিস্কোপ যাওদনা মিৎনা উবা ফংখি। হেলে-বোপ অসি চহী ৪০০০ গী মতূংদা অমূক উবা ফংগনী।"

- "যাম্না নুংঙাইজবে থা থা। ঙসি অহানবা লাকপা মক্তদা জগৎ অমদি অহাংবা অতিযাগী মবমদা ফনা যাম্না খঙলে। ঐ হল্লক্তে হাযদুনা ইমানা থিবল্লগনী। ঐ নোংমা অমূক লাক্কে, ঙসিগীদি চৎখ্রগে।"

- "ফবে থবাতোন, নোংমা লাকখো। অমূক উন্নখিসি। নঙনা জগৎকী মবমদা খঙলীবা খবদুদি পাকখ্রবা সমুদ্রদগী ঈবিক অমা থকপগুম্বনী। খঙবা যাবা যাম্না লৈবি। নঙনা মথং লাকপদা ঐনা নঙবু সপ্তঋষি মণ্ডল, খোংজোমনুবী, ধ্রুবতবা গা রাবী শান্নহনগনী। ফবে ঙসিদি নঙ চৎলো থেংলে। পৃথিবী যৌনবা অদুম চৎখ্রো অতৈ মফমদা চৎখ্রগনুকো ইবেম্মা।"

- "ফবে থা থা নঙগী নচা মোবাম্বীসু পোবীদনা, হৈবোং চবোংসু হেক্তনা ঐ হনবা তাবে। চৎলগে থা থা।"

- "চৎলো চৎলো থবাতোন। অশোয অঙাম যাওদনা পৃথিবী যৌবা ওইযু।"

অসূম্না থাগা কাযনবল্লগা থবাতোন পৃথিবী তম্না লাকপা হৌবে। অদুবু নীংঙমদবা অমা অসুম পোক্লক্লে। সপ্তঋষি মণ্ডল, খোংজোমনুবী ধ্রুবতাবা মযাম অসিগা উন্নবা ফংলক্তবা মহাক হাযফম খঙদবমখৈ নুংঙাইতবা পোকই। থানবুদি মথং লাকপদা উন্নহনগে রাবী শান্নহনগে হাযবকই। অদুবু থাগী লৈবাক্তা কৈদৌঙৈ অমূক লাকপা ঙমগদগে হাযবা ঙমদে। লাক্লিঙৈ অসিদা উন্নবা যাবা উন্নগে,

ৱাবী শান্নবা য়াবা শান্নগে হায়না থবাতোন্না চপ যূংনা মপূক্লীংদা লেপ্লদুনা মহাক্না সৌবজগৎকী ৱাংমদা চৎতুনা থিকগে খনখ্রে। মহাক্না খল্লীঃ

- "ইমানা তক্তনা লীবীবা ৱাবী কয়াদা খোংজোমনুবী নোঙ্গাবোলগী ৱাবী যাওই। সপ্তঋষি মণ্ডল অমদি ধ্রুবতবাগী ৱাবী যাওই। মখোযগী মবমদা খণ্ডদনা ঐহাক পৃথিবীদা হনখিবোই।"

মিৎনা কুপ্পগী মনুংদা থবাতোন সৌবজগৎ সোলাব সিষ্টেম লাম্থোবক্লে। সপ্তঋষি মণ্ডল, খোংজোম নুবী অমদি ধ্রুবতবা থিবা হৌবক্লে। মহাক্না অসুম খল্লী ঃ

- "সপ্তঋষি মণ্ডল, খোংজোম নুবী ধ্রুবতাবা হাযবিবশিং অসি থৱানমিচাক ঙাক্তা ওইবমগনী। থৱানমিচাক হাযবসি অচাকপা গ্যাস ঙাক্তনী, মখোযগী মনাক্তা নকশীল্লুববদি ঐহাক চাকথেক্লুনা উৎ ওনখিবসু যাই। তৌবতবু থৱানমিচাক অমগা অমগসি কিঃ মিঃ লাখ-কোটি লাপনৈ হায। খুদোংথীবা থোকত্রিঙৈদা ঐহাক হনখিবনা চুমগনী। করিনো মাঙদা অবাপ্পদা মুশীন মুবা অমা উবিবসি। মসি ব্লেক হোল হাযবদু ওইরম্লবদি কমদৌনী। ব্লেক হোল হাযবসিদি মপাঙ্গল যাম্না কল্লী। পোৎ খুদীংমক লোযনা চীংশিল্লী, মঙাল ফাওবা চীংশিনবা ঙম্মী হায ঐহাক থুনা হল্লগে। অদুবু কবিনো, ঐ হন্না চৎনবগী পাঙ্গল পূম্নমক মাঙখ্রে, ঐবু তুংলোমদা অসুম চিংশিখ্রে, কবিনো। কবিনো। আঃ ।"

থবাতোন্না লাউবা তাবদা মমা ইমূংদগী চেপ্লোবকই। মচানা মাঙ্গোন্দা মখোঙ যাম্বদুনা ফমদুনা লৈবম্বা অমদি মখোঙ-মখুৎ হোৎতুনা লাউদুনা লৈবম্বদা মমানা কোনশীন্দুনা হংই,

- " ইবেম্মা, থবাতোন কবি তৌববগে ইচাবো। সে নমিৎ পাংথোকও, থবাতোন।"

থবাতোন মমিৎ পাঙথোবকই। মমাদা চেজেৎ কোনশিল্লী। অদুগা হায়রকইঃ

- "ইমা ঐ য়াম্না নুংঙাইবা অমদি অকিবা মঙ অমা মঙলুবে।"

লোইব্বা



শগোলশেম ইন্দ্রকুমার সিংহ, ১৯৪১ দা থাংমৈবন্দ খুযাথোংদা পোকই। অঙাং ওইরিবিঙেদগী হৌনা লাইবিক ইবা অমদি কলা সংস্কৃতিদা থরাই যাওবকই। ডি এম কলেজ ইম্ফালদা সোসিয়েল এণ্ড ম্যুজিক্কী সেক্রেটরি ওইবকই। মথংদা এলাহাবাদতা লাইবিক তম্লিঙৈ মনূংদা ষ্টুদেন্টস আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন কৌবা দ্রামা সংস্থান অমা লিংখৎতুনা মণিপুরদা দ্রামাগী অনৌবা মাযওন অমা পীবা হৌবকখি। মতম খবা ওঝা ওইবম্লবা মতুংদা মহাক ওল ইন্দিয়া রেডিও, ইম্ফালদা এনাউন্সর ওইখি। মথংদা দ্রামা প্রদ্যুসর ওইখি। মহাক্না রেডিও দ্রামা অমদি শক্তম চাম্ম-চাম্মনা খূজীং ওইনা ইখি অমদি পুথোকখি। ওল ইন্দিয়া রেডিও শিল্লোং অমসুং ওল ইন্দিয়া রেডিও ইম্ফালদা মহাক এসিষ্টেন্ট ষ্টেসন দাইরেক্তর ওইখি। দুরদর্শন কেন্দ্র দিব্রুগডদা ষ্টেসন দাইরেক্তর ওইবম্লগা থবক্তগী পোৎথাখি।

মহাক, আকাশবানী ইম্ফালগী ঈশৈ অমদি দ্রামাগী আর্টিষ্টনী। মশামক শৈরেংবা অমসুনী। মণিপুরগী দ্রামা ফেষ্টিবেল কয়াদা জূরী মেম্বর ওইবক্লি। এলাহাবাদ নাট্য সংঘনা পাঙথোকপা ওল ইন্দিয়া মলতি-লিঙ্গুয়েল দ্রামা কম্পিটিসন্দা জূরী মেম্বর ওইখি। মহাক, অঙাংগী রাবী ইবা অমদি রাবী লীবা যাম্না পামজবা মীশক্নী। মহাক্না আকাশবানী ইম্ফালগী অঙাংগী থৌরমদা অঙাংগী বাবী কয়া পরীং নাইনা নোংমাইজিং খূদীং লীখি। মহাক্না লীখিবা রাবীশিংগী মনূংদা, আররকী অহিং, পিনোকিয়ো, থৌনা ফবা খম্বাতোন, ভারতকী শক্লাইরশিং অমদি ঙক্র লৈবাক্তা এলিশ, মমিং পনবা যাই।

মহাক্না ইবা 'থৌনা ফবা খম্বাতোন' হায়বা অঙাংগী লাইবিক অসিনা, নেসনেল কাউন্সিল ওফ ইদুকেশনেল রিছার্স এণ্ড ট্রেনিং, নিযু দিল্লীনা শীনবা জাতিগী থাক্কী অঙাংগী সাহিত্যগী কম্পিটিসন্দা, ১৯৭৮-৭৯ গী ওইনা মণিপুরী লোনগী লাইবিক্তা জাতিগী মনা পীবকখি।

মহাক্না ডাঃ কমলগী মাধবী (১৯৭৭), সেক্সপিযারগী মেকবেথ (১৯৮৯) হেমলেট (২০০৪), হিজম গুণগী লমন (২০০৭), অবোইবা পাউদম (২০০৮) খূদোল (২০০৯-১০) বু রেডিও দ্রামা ওইনা ইথোক্তুনা পরীং নাইনা শন্দোকখি। মহাক্না ঐখোয় অনীগী অনৌবা সংসার (১৯৮৫), ইমূং অমা রাবী অমা (২০০৭), ঐ অমূক ইববোই (২০০৯) নচিংবসু রেডিও দ্রামা ওইনা ইখি। 'মতমগী ইমূং' কৌবা ফেমিলি সেরিয়েল, এপিসোদ ৪৯ ইদুনা আকাশবানী ইম্ফালদা শন্দোকখি

মহাক্না রেডিও দ্রামা কয়া পুথোকপগীদমক আকাশবানীগী দ্রামা অথোই-অহেন তান্নবদা 'আকাশবানী এৱার্দ' কয়া ফংখি। এৱার্দ ফংখিবা দ্রামাশিং অদুদি — কৎথোকপা (১৯৭৮), অনুবাধাপুর আশ্রমগী রাজকুমার (১৯৮০), লোম্লোক্তবগী লোল (১৯৮৫), অমসুং লাইধি লুবাক (১৯৮৭) নী।

মহাক, ষ্টেট কাউন্সিল ওফ ইদুকেসনেল রিছার্স এণ্ড ট্রেনিংগী ইদুকেসনেল টেক্নোলোজী ইউনিত, নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামা অমদি মণিপুর ইউনিভর্সিটিনা পাঙথোকপা ৱার্কসোপ কযাদা রিছোর্স পার্সন ওইনা শরুক যাখি। মহাক, ফিল্ম ফোরমনা শীনবা ফেষ্টিবেল ওফ মণিপুরী সিনেমা ২০০৭ অমসুং ৭ শুবা মণিপুর ষ্টেট ফিল্ম ফেষ্টিবেল ২০১০ দা জূরী মেম্বর ওইনা শরুক যাখি।

মহাক হৌজিকসু ইবগী থবক লেপত্রি। মখা তানা লাইবিক কয়াসু ফোঙনবা হোৎনরি।